Regd. No. RN 34203/79 New Delhi    Kangleikhol No. 66

# KANGLEIKHOL



8TH YEAR OF PUBLICATION    JAN.-1987 POINU WAK. 3383

**সনাম্বহী লাইনিং, পুন্সিরোল, থৌনা কাংলোন, পুন্সিরোন হলা, ঈনাৎ, লোইনসিলোনগী অমত্ত ওাইব সলাই পুন্সিকমগী খাগী চেকোং**

হা ঈমা ঈমা [illegible]
[illegible] ঈমা [illegible]
[illegible] চুই লাক্ক
[illegible] [illegible]
[illegible] ক্লু
[illegible]
[illegible]
[illegible] ফাবদ
সহেন থোংগী থো [illegible]
[illegible]
[illegible]
হা ঈমা ঈমা ও ॥

ইবমদমগী লাইনিক হৈবসিংন অমুম হায়★
ইনাৎ মাণ্ডলগে খল্লবা ?
মসি মীতৌবোলগী রারীনি—১
সিদ-তিদাক—১
মাইবগী তিদাক খাউ—১
কনান কনানো—১
মমি মুৎলব লাইফমসিং—১
অদোমসু মখনবীয়ু—১

**Wanted Non Manipuri Teachers (কংলৈচাসিং নত্তব উজা পাম্মী)**
**সদীং সাকোক পুম্না-নৈনব পাক্কন ইপুধৌ ইবেনধৌ তোংলকপ কংলৈ চনুরাদ ইমোইনু লাইরেম্বী**

**১৯৮৭ ন ২০০০ চহিরোন্দ য়েংব**
**(১৯৮৭ কী অথমব খুদোল)**



কাংলোনগী তাইবং
অদোম খঙবীগ্রবরা ?
মসিবু অরোনবরা অরানবরা ?
ইমালোন ঈমনরসি ১
চেল্লক্লিব ঈংচেল★চীন-কাংঈ
রাঙং পাউথুম★ —অসিনচিংব ।।

**ঈশাম মৈহৌরে লাংঙীং মৈচাক্লে ইহুনিংথৌ লৈজবরা খাবী মৈকল্লো**

# থৌসিনকোনগী ঈ-পাউ

কাংলোন তম্ব মথা চৎথবঃ--সলাই কাংলোন সিন্দমসংন হায়্রন তাংকক অম লোইশ্রব সিন্দমলোয় চমুরা পীবা ৫০ দ পুন্সিরোন লাইনিং (P.L.), পুন্সিরোন হুলা (P. Hola) অমসুং পুন্সিরোন থৌনা (P T.) কাংলম ও অসিদ মথা তাব সিন্দম (Training) পিগদৌরি। কাংলোন তম্বীবগী থৌরাং অসি মমন্থন লৈরুরব কংলৈ খুনাইসিগী মুৎসিল্লরুব কাংলোন কয়াবু নৌন হিংগৎহন্নবগী থোঙজং অমনি।

থৌসিনকোন মযাই সংলেনগী থৌ পুবসিং খনখরেঃ--হৌখিব চৈচৎ ২৫/১২/৮৬ কী সলাই পুন্সিকমগী নৌন সাব সংবীদ (Head Quarter দ) পাংথোকখিব ১৬৮ লক সুব অপুনব মীফম মথাগী পাথৌসিং অসিবু মলিয়াকুম ৩৩৮৩-৮৪ (১৯৮৬-৮৭) অসিগী থৌপুবসিং ওইন খনখ্রে :--

| | |
|---|---|
| সুখামচা বাবু | য়াইতোংব |
| কোংবমচা ইবোয়াইম | ওমথং য়াইতোংব |
| অরাম্বমচা তোমচা | থৌবুরেল |
| খুরাইজমচা লৈসেম্ব | ওমথং থৌবুরেল |
| আউসেকপমচা খাব | সেল্লোয় (কেসিযার) |
| য়ুম নিংঙোল থোইবী লৈম | সলাই পুন্সিকমগী চমুরা মীহুৎ |
| পুচা ঙাঙোম্ব নিংথেম | সল ই পুন্সিকমগী পীবা মীহুৎ |
| কৈথেল্লাকপমচা চাউবী | সলাই কাংলোন সিন্দমসংগী পীবা মীহুৎ |
| য়ুম্নাম চন্নু কংলৈম | সলাই কাংলোন সিন্দমসংগী চমুরা মীহুৎ |
| চুংখামচা খুমনলেম্ব | লুপলোয় |
| থৌনাউজমচা লোয়ারাকপ | লুপলোয় |
| মোইরাংথেম চন্নু নোংলৈম | সেলমিৎলোয় (ইন্তরনেল ওদিতর) |

খ্বাইদগী কব থৌসিনকোনগী থৌমা থনখ্রে:--মলিয়া কুমসাং ৩৩৮২-৮৩ গী কংলৈপাক থৌসিনকোনগী খ্বাইদগী কব থৌমীগী (বেস্ত , হার্ক'র)মনা ১৬৮ লুব অপুনব মীহুন্দ মথাগী পাথৌ ২ অসিদ য়াইতোংবন য়েনথোকখ্রে--

--মথাদি Inner cover back ত

# KANGLEIKHOL

Office of the Kangleikhol
(Regd No RN 34203/79 New Delhi
R.M.C. Road, Naga Mapal Imphal
Pin : 795001, The largest circulated
journal of its kind in the North East
Region of India.

## Wanted Non-Manipuri Teachers
## ( কংলৈচাসিং নত্তব উজা পাম্মী )

কে, জী, স্কুল কয়া অমদি প্রাইভেত স্কুল কয়া লিংথংলে ঐখোয়গী লোইনদা কাংদন উব ফংই। স্কুল কয়া অমদি মহৈরোং অহূগী উজা লৌবদা 'Wanted Non-Manipuri Teachers'—লৈপাককিদা পোকপা চাংবা ভম্মী নত্তব অতোপ্পা মুকপ মীয়ান মরক্তগী উজা লৌজগনি হায়দুনা লমদমসিগী অসেংবা মচাসিংবু ইকাইবা পিবা হন্থনা য়েংবা, থাজবা থমদবগী থোয়াং অসি হৌজিক ভত্তুনা তৌরি। পাউ-চে কয়াদা তোঙ্গন মীয়াম খেংনরি।

বেস্ত বেঙ্গল স্তেতকী মহৈ তম্ফমসংগী উজা লৌবদা Wanted Non-Bengali Teachers'—বেঙ্গলী মচা নত্তব উজা পাম্মী হায়দুনা ফোংনা সী নবা নৈতে। পঞ্জাবত 'Wanted Non-Panjabi Teachers' হায়নদে পঞ্জাবকী উজা লৌবদসু পঞ্জাব মচা নত্তবা অতোপ্পদগী লাকপা লৌগনি হায়রবদি মহুনা অচৌবা ইবাং অমা পাউকং পিদুনা কৌবনি হায়না লৌগনি। আসামদা আসামী নত্তবা অতৈ মচা, নাগালেন্দগী উজাদা নাগা নত্তবা মচা, মিজোরামগী উজা লৌবদা মিজো নত্তবা অতোপ্পা মচা ভাক্ত লৌগনি লমদমগী মচা লৌরোই হায়রবদি মহু কাংলুপ নাইনবগী অপিকপ লাংলো হোৎরবনি। অতৈ লৈপাক অমত্তদা তৌনদে, তৌনফঙ্গসু থোক্তে। চৎনদবা, খুৎইদগী ফজদবা বাখল অমদমা লমদমগী মচাবু থবক্ফাওবা পিদনবা হোৎনবা সেল থুমগী খুদোংচাবা ফংহন্নিংদবা, মনাং মুথৎনিংলক্লবা হায়বসি কংলৈপাক অসিদত্ত তৌই।

## কংলৈচা অমত্ত উজা ওইবা য়াঁরোই

কংলৈচা নত্তবডাক্ত উজাশিংদমক চে থাবিরকউ, কংলৈচা অমত্ত থাৎরকপা য়ারোই হায়বসিবু 'কংলৈচা অমত্ত উজা ওইবা য়াঁরোই' হায়বা নত্রা ? মসি কারি মরমগীনো ? অকব বাখলা ? ফোংনা সীনরিব্রা ? কংলৈচা খুদিংমক বহুব চুম্মী। কংলৈচাদা থবক পিরোই খল্লিবা মিবুংঙে ঈংবন্থকুন্দ মসিবু অককবা মত্তবরা থহুব চুম্মী। অনিমক্ত অকবনি হায়না থক পুক্লিংদা ফাওয়রোই।

## কংলৈচাদি মতিক চাদে

মনাওশিং মাঙ্গোলদা ফম্লগ থম্লম্মু য়াই—কংলৈচাসিং অসিদি উজা ওইবদ মতিক্‌ চাদে, হৈব য়াংলি, পামদে। মসি মুমক্লী মাঙ্গোলদ, চাউং থকফমদ, লৈপুং ফমফমদ ওাংনব য়ানি। হৌজিক্কী কে, জি, স্কুল কম্লাদ মেত্রিক বরিনো খংদ্রিব মেত্রিকুলেসনগী থাক মৌদ্রিব কম্লা উজ ওইরি, মথোম্ন কদাইদগী লাকপনে, বরি ক্লাসনা কম্লা মাম সেংলবনো, হৈরবনো মনানসু থিগংলুদে। মপান্দগীবু লাক্লবদি ফরবনি, কংলৈচা ওইরবদি ফত্রবনি—য়াথল মসি মীথা পোল্লমদাইগী পুক্লিংনি, চাওথংলবপ নগে হায়বসি পুম খণ্ডিম্লবন চুমগনি।

ভারতকী মীকোক থিবগী চেজলদ কংলৈপাক অসি লাইরিক হৈবগী অরাংব থাক্ত লৈরিবনি, লৈয়োন হায়ব লোয়ালম হায়ব মুঙ্গংগী লম হায়ব থায়ব লৈভন পাক্তকুন লাইরিক হৈব লমদম অমনি। নুপী লাইরিক হৈবগী চাং য়াংন লৈ। লমদমসিগী বি,এ, বি,এস, সি, সিংন হোংপ ওম অক্ষ, খণ্ডলিব লৌসিংগী সক্তক মোব সুকওম ওম্নরোইদব মপান্দগী লাক্লগ কে, জি, স্কুলগী উজা ওইরিব মীওই কম্লা লৈরি। সাইন্স অঙ্ক থাক য়াংন চাওথংলকলব তম্লবগী সিলেবস লুব নোংম নোংমগী হেনজিল্লকলব মতম অসিদ মপান্দগী লাকপ অরাংব থাকী অক্ষ হোংপ হৈতব, মীতৈলোনস্থ থোক্তবসিংন কম্লা য়াংন মহৈরোয়সিংবু লেম্বীগদৌক্লিবনো খঙ্গ চুম্মী। অদুগ মরকসিদ 'Wanted Non-Manipuri Teachers' হায়ন পাও-চেদ উজা কৌরিবসি লমদম অসিগী লাইরিক হৈব নহারোল অহল্লোনসিংদ ইকাইব পীবনি। মপান্দগী লাকপ মীতৈলোন থোক্তব অমদগীদি মযালোন ফাওব সেংন ওাংব ওমজদ্রিব নৌরিব অঙাংসিং মহৈ তম্বীবদ লমদম অসিগী নহারোল লাইরিক হৈবসিংন সক্তক ১০০ হেন্ন মতিক চায়।

## চাওথংপ লৈবাকসিং করি তৌই

চাওথংপগী লম্বজেলদ য়ালেম পুম্নক্ক বিনম্লিব জাপান, সোভিয়েৎ রুসিয়া, চাইনা, ফ্রান্স, জরমনি লৈপাকসিং মমালোন্দ লাইরিক তম ওাক্তনি। মহৈ তম হায়বসি লোল তম নত্তে, কাংলোন হৈবগুনি, লৌসিং ফংবগুনি, পুক্নিবু মঙাল পিবগুনি। লোলদি তোঙানবনি, তম্লিংব লোল থুদিংমক তম্ব য়াই। কংলৈপাক্কী মহৈ তমগী মওংসিদ মেত্রিকুলেসন লাল্লব, কলেজ তম্নব—ইংলিস অমম্নুং মীতৈলোন নিংথিন হৈনবগী অয়ায়ব লম্বী য়াওখ্রন লৈরি।

হৌজিক কংলৈচাসিংদ য়াংজিবদি ইংলিস পাখ হৈতদ হায়মত নত্তে—সেংন য়াংজিবসি মতমগী সাইন্সকী লৌসিং, থুংনা হৈনবগী লৌসিং, পোংথোক পুথোক্লবগী কাংলোন, ইলেকট্রোনিক, তেক্নোলোজি, মেকানাইজ ফামগী লৌসিং, পাম্নস সিজিন্নবুদ পুংজদব চাওথংগী পোংথোক কম্লা কম্লা লৈরিবসিংসি য়াংজিবমথৈ চাওথংপ, থবক ফংলবগী অয়াব কোকপ কৈদৌঙৈদস্থ ওইথোক্লোই।

চাউখৎপ লৈপাক খুদিংমক্ক মহৈতম্মদ উল্লিবসি মমালোলহুদ মহৈ খুদিংমক তম্বীব অসিনি। লোল খঙদবদগী অহল অমন হৈবরোইদব মহৈ কম্না মমালোলদ তম্বীবদগী অঙাং মচা অমনকাওব মসাগী ইনব পেনসিল, কাংক্রু, স্লেত সাজরগ সিজিন্নব ওয়কই। ভারত্তম্ বেঙ্গলী মচাসিং বেঙ্গলী লোলদ এম, এ,—এম,এস্‌সি, তম্মরি। পঞ্জাবত, ওরিসাদ, ইউ পিদ, তামিলসিংগী লমদমদ মমালোলন অৱাংব থাক্তী মহৈ পিরি।

মীপুম খুদিংমক্ক হংবিয়ু—কংলৈপাক অসিদদি মীতৈলোল থোক্তব মী নত্তন মীতৈ-লোল খঙলবদি উজা ওইব য়ারোই চে থারকনু হায়বসি করি'না, করিগীনো, তুংদ করি ওইরকহনগে খল্লিংনো ?

## কংলৈচাসিং ঙসিদি সোল্লবনি

থবক কৌবদ 'ক,লৈচা নত্তব' হায়হন ফোংদ ইকাইব পিনব ক্লিব অসি ক,লৈচাসিংন সোনবদগীনি, হোংনব য়াংপদগীনি, মীপান তাংবদ কুইন হৈনবী ওইহন লাকপদগীনি অমরোমদ কংলৈচাসিং তল্লি, নোমনিংদে, খাংব বনগে থনগন্দে, অৱাব মায়রোং য়ানিংদে—য়ুম ঙত্তা পানসিন্নব হোংনক্লবদগী তঙ্গাইফদন অৱাব থাংবগী থবক অসি য়াম থেংন ছৌনে। মতম চারিঙ্গদ য়ুম পাজিন্দ্রৈঙদ চাংয়েং কম্না থৌনা ফন য়াইরোং য়ারগ মায়থিব লৈররাইদব পুন্সিরোন অম সাগংনন্দে। হৈরিব মহৈ অসি চপ চান সিজিন্নহন মতীং ফুদোক্লন লাইরিক য়েন হৈতব, অৱাংব দিগ্রি অমত্তসু পায়দব মপানগী লাক্লগ স্কুল লিংলবসিং অসিবু লাম্বা তৌগে খন্দবনি।

ক্লাস হেনব, হেন্ন মহৈ হৈব মীওই লাখ কম্নাবু মহৈগী লমদ য়াম্ন য়াংলিব মপানগী মীওই খজিকথক্ক মহৈ তম্বীবগী লম্বীদ মায়থিব পিব ঙম্ব হায়বসি লমদমসিগী মহৈ হৈবসিংগী অচৌব অসোনব অমনি। সোনমল্লবদি পংচাও চাওখৎপ য়ারোই। চাও-খংলোনগী লমজেলদ সোম্বহন হিংবগী মফম মালেমসিদ লৈতে।

## অফব লাইপাও চেনবনি

পুম্মক উক্লগ মসিমদি হায়ব তাই—'Wanted Non-Manipuri Teachers' 'কংলৈচা নত্তব উজা পাম্মী' হায়বসি মমল য়াম্মব লাইপাউ অমনি। কংলৈচাসিং মসাগী মতীং ফুদোকচল্ৰে তাকপিবনি, মথুং মসা লোত্তুন হিংলে হায়ব খঙহনবিবনি। মথৌ নিংথিন তৌগন্দে, লিংজেল য়াম্নদে, অচৎব থবক্ত চংজিন্দে লৈপুং য়াদ লেম্লিংই, অমগ অমগ মীথানদে, লমগী সম্নত মতম্ন পুম্মক্ক মচী সাংলবোইত নিংলে মতু লোম হিংলে হারবসি লাইপাউ ওইন পাউ চেসিংদ তোম্নন তোয়ন চেল্লবনি। লাইপাউ অসি তারগ মিকপ থোক্লসি। •

লাইনীং লাতম্

লাইনীং নৈনসং
সলাই পুন্সিফম্

পাক্ত্রক্নন



# ইপুধৌ ইবেনধৌ তোংলকপ

## (অমম-থাজরা? কাংলোন নাইবরা?)

অমুক য়াকায়রকপগী ৱাবী

উসিদগী চহি ৪০ গী মমাংদা, ১৯৪৭ ইংগী নবেম্বর চৈচৎ ৭ ইৱাই নুমিৎনি, মফম নাকম কোনজিলনি, য়ুম্ন মন্ত্রিময়ুম স্নাতোম্ব নিংথেমচাগীদনি। লৈসেম্লোন অরিব পুয়া তৌহুন তানখি, নিনি চম্ব নুমিৎনি। পুয়া ৱারী তারকপদগী মীয়াম্গী মরক্তগী ইপুধৌ তোংলকখি, তোংলিব অসি ইচম চমজবী কংলৈ চন্নুরা অমথকি। ৱারী লেপখি, মীৱাম ওক্লখি, গৌরিয়া লাইনিং চৎপ ঈপা ঈপল ঈমা ঈবেল কয়াসু লোল খোক্লখিবে, খেংন ওকপ হায়বহু পুন্সিদ ওসিদি খেংনরে হায়নখি। লাইপাউ পিরক্খিব ৱাহৈসিংহু চে থিনহুন ইসিন্নব খৌরাংনখি।

চহি ৪০ সুন্নব ১৯৪৭ কী নবেম্বর চৈচং ৭, ঈৱাই মুমিংকী লাইপাউ চেন খিবদু মতেক অমত্তু মথাদ লৌখংলি—

" . পোইরৈ ঐগী মা লৈপাক্ত, নযু ঐগী ঈপাচা
সলাই অপুন্নন হরাও মথোই কান খেলা মপুং
কান স'গু সংগু নাকপাক নাকপাক
ভারিবদো নপুরেন সিদবা ঐন তৌরিবনে।
নপুরেন সিদবা ঐগী মিংথৈ সকপ সোয়
তৌরিব খুদিংমক্ত ঐন মমাং থান চৎলিবনে।
মপা লাইনিং মপুলাইনিংবু কায়দন পুখংলিবসিংগী
মপুক মপুক খুদি দ নপুরেন ঐন ফোংদোকে
হায়দুন চৎলিংনে। ঈদাইরেমসা করিগী
খত্তদবগে ? . ক্রিস্তি নমিং চৎপ সমু
নমাই পাকপবু নবুংভো ঐন পিবিগনি . . ।"

অহল নহা থাক্তন কপখি, মুমিং অহুদগী গৌরিয়া লাইনিং থাদোক্তুন সনামহী লাই নিংদ কংলৈচা কয়াদি চংসিন্নরকপ হৌখি। কপ্প কপ্প, থম্মোয় সোক্ত মীওই থরদি মপা মপুগী লাইনিং খুদাবু খিনরকপ হৌখি।

পাউ অসিন অচৎব পাউ হায়বদু ওইরক্তুন মীয়ামগী মবক্তগী ইসিলহৌব রাইহেসিং অহু মযায় ভাব পায়বদু নিং থুংহন্নব চয়োল চেফোং ওইন মতমদুদ ফোংলদ্র কুনজবিহারী সিংহন খোরিলাংব 'ডসি' চেকোংগী চৈচৎ ৮—১২—১৯৪৭ ইংগী লা : ২ দ ফোংদোকখি।

লাইপাউ অসিন ঈপুথৌ ঈবেনথৌ তোংলকপগী (হায় লুপ্পবগ নৌন অমুক মথি কোংলক্লিব ) ঈথক ঈপোম অসিগী মীয়ায় খত্তনব অহৌব রাইনি। অহৌব অসি ইখত্ত খত্তহৌদম খোঙ্কপ, থাজদন ওইরকখিব, পুক্কিং থুক থুক লাত্তব, কপ্পিব, মুংসিব, অসেংব অভিংব থম্মোয় অমগী মভিং হায়, অঙকপ, থাজব কয়া অসিন তিল্লি। মহুদ কাওহনখিব

পুক্নিংগী থৌনা অহ্নন ঙসিদং ওইরকখিব 'মীতৈ ময়েক' তম্বগী য়ান্না চুন্নব খোঙথাং অসিদকাওব চাউন মতেং পাংখি। মাঙসিন্নরুব কলহৌদব য়াত্রব ঈন'ৎকী থৌনা ফব খোঙজংদ অহৌব অসিন মপান নাইত্রব পাংগল ওইরখি।

পংল পুন্নব থুনাই অমগী অওব, চাওখৎপগী লম্বী অম য়াল্লকপদ লাইপাউ অহু তসেংন থরায় পানব অচংব ওইখি।

## 'লৈ লাংব' চেকোংদদি করেনৈ

দা: জামিনি দেবীন খোরিলাংব 'লৈ লাংব' চেকোংগী ভোল. ১ নং ৩ মুবদদি ঈপুথৌ ঈবেনথৌ ফাওরকপসিং অসিবু মথাগী অসুন্ন করেন্নে—

"লাইন থল্লে
খাদম্‌ ফাওরে
অরাংদম্‌ ফাওগৎলক্লে ... ...
কেরোসিন তিন্নম্‌ কুপ্পী
ঊগী বগানম্‌ থায় ... .. "

তসেংন লাইরজব ঈমুংদ লাই তোংবগী থোথোক লাক্লবদি তঙাই-ফদবদগী কোক্তৌ অমম অহো'ব, উপাক অহোংব বাগাসিং খরদং লৈব ঙম্বতন লাইসং মানব হোংনৈ। মসিবুনি সৈরেং অসিন করেন্নরিবসি।

"থাম্‌ ব্রাংম্‌ মনিংম্‌ মমাংম্‌
লাইগী লাই ঙাক্তনি
লাইগী লৈপাক্নি লাইরৈবাক।
লাই থুদিংগী অপাম্বা
প্রোমট তৌরকই
অমাইব অমাইবীদা। ...
থাজন্নন কংথোকই ... ...
কোরনি থক্লে মবা ... ...

অসিগুম লাইসংদ কংপ মীওইসিংবুসু লৈরেং ইরিব মরত সিতিন 'কোরুনি খঞ্জে দধা' হায়ৰ রাহৈন পুক্লিং হনজানহন্নব থৌরাং মচা অম তৌবগুম উৎলি।

লাইসং মচা সাবনা
লাইগী বর য়ামদে
লাইসং চাওনা কৎপনা
লাইগী বর চাওই .... ....
লৈবাকসিগী চহীগী বজেৎসু

## ইরমদমগী লাইরিক হৈবসিংন অসুম্ন হায়

মনিপুর ইউনিভরসিটিন কলেজসিংদ তমব থনগৎলব লাইরিক 'A History of Manipur Literature' কোব, ইউনিভরসিটি অসিদ থবক চাউন তৌবিরিব মখা আর, কে, ঝলজীৎ সিংহন ইবিব অসিদগী ইকাই খুম্নবগ লোয়নন লৌখোকচবনি অদুগ বাহংহোক হন্দোকচবনি —

(i) . . ১৮ সুব সদাব্দিগী মরাংগী মনিপুরী সাহিত্যদি কনান ইবনো খুঙদব কয়ম মতমদ ইবনো য়াওদব চম্নবব মপৈনি ।— লা; ৩

(ii) ঐখোয়ন চাংয়েং তৌদুন য়েংলব থুৎই লাইরিকসিংদ অমদি লিনগুইস্তিক সরভে ওফ ইন্দিয়াদ পিবিব স্পিসিমেন অদুদ দেবনাগরি ব্যঞ্জন ময়েক পুম্নমক মীতৈ ময়েক ( মনিপুরী ময়েক ) লোইন ফংই ।।— লা. ৫

(iii) . মীতৈ ময়েক অসি মায়চো অমন নম্রগ মায়চো থরন মতম অমদ বাখল তান দেবনাগরি ময়েকগী মওং লৌদুন পুখোকখি ।।—লা: ৬

লাইশং শাবদা
লাইদা কৎপদা
ফনা য়াম্না চংখি
করিগুম্না হায়করগসু .... ...
য়াত্ত পাদ লৈবাক্সি হায়
লাইগী লৈপাক লাইরৈবাক্সি হায়।

মরত সিতি কনানো সেংন পন্দে। অদুবু 'অমাইব' 'অমাইবী' য়াওব লাইনিংতবু খন্দোক্লগ করেয়্নবগুম তৌই। মী মকোক সিব কালিমাই

লাইসং, ঐ লৌব হাযেং ঈরোই মণ্ডক ককথংপ দেবী লাইসং, গঙ্গা থকপ তম্মব হৌকম ত্রগ এদিক্সনগী পার্মিসন পিকম সিব মহাদেবগী চহি চুপ্প ললথুম মাঙহল্লিব লাইস-সিং, পিক্লিব অঙাংসিং চুরুত বিরি থকপ পোৎ চুরানব, পোৎ নিব ( ভিক্ষানিব ) তম্বীব্বিব তসেংন কংলৈচা ফুরূপ অসিগী সক্তম ( আইদেন্তিতি ) পুংমাঙ মাঙখিনবগী থাঙজিল্লব সিরব খোঙ ( পেরেলাইজ তৌরব ) অসিদ তারিব করি মরাইবক লেপ্পিরক্কদৌরিবনো কনানস্থ হায়ব ঙমত্রিব লাইগী মিংদ তৌব চংনফম থোবত্রব কয়াবুদি 'লৈ-লাংবা' চেফোং অসিগী অসৈব অসিন পন্নিংদে।

মরম অহ্ন অমম-থাজ ( মুপর্সতিসন ) কুয়োম কোকত্রিববু লান-বিনব খোজৈনি হায়ন লৌব য়াত্রি। অস্নুম থমথিব তারি, লৌখংলুহ্নন চংনব য়াররোই।

---

(iv) মীতৈ ( মহেক ) দা য়, ক্ষ নত্তব অতৈ মযেক লোইনমক হিন্দিদ পাবগুম পাই ॥—লা: ৬

(v) মফম অসিদ সংস্কৃত ৱাহৈ অমদি অর্য্যসিংগী ৱাহৈ কমামক্কম নিয়ম থরগী মর্থাদ অসুম অস্থ্ব ওলক্তন ( হোংলক্তন ) মীতৈলোলগী ৱাহৈসিং (মনিপুরী ৱাহৈসিং ) ওইরকখি ॥—লা . ৮

(vi) নিংথৌজা সলাই পুথাকখিব ত্রি চহি ৩৩ সুব অসিদগী ৪২৮ সুব ফাও-বসি তাংকক অদ ওই। মনিপুরদ ব্রাক্ষণী সেলসিংনে সংস্কৃত হকমস্থ মতম অসি-দনি ॥ ওইথোকপ য়াবদ মতম অসিগী নিংথৌসিং অদু ( হিন্দুসিংগী চংনবী অহল ওইরক্লগ ময়ুম মকৈ থাদাক্তন বন্দ চংপ সন্যাস ধর্মগী প্রাক্তিস ) বনপ্রস্থ ঙাক্তন মখোয়ন অহল ওইরকপ অ য়াইব সকক্ত চংখি ॥—লা ১০ * * *

---

## রেদিও থোরমদ সক্ষোবহুব

রেদিও থোরমদ মরক্ত পিব নহারোল থোরনদ ল'ইনিংবী লাইনিংব, ঈপুথৌ ইবেনথৌ লোয়নজবসিংবু অপং-থাজ ( অনধ বিশ্বাস ) লৈব, মখোয়বু থাজববু অপংব মীগী মঙ্গু চলহল্লি। মখোয়নি অসিংবনি থল্লি।

থোরমহ্নদ অসিংবনি খল্লিব নহাসিং অহ্নদ মুংথ্রগদব মসাগী সক্তম কঞ্জনবগী লৌথংপ য়াব থাগংপ য়াব ঙসিগী মালেমদ কংলৈচাসিংন মীংনগদব চাঙথংলোনগী (সিভিলাইজেসনগী) পোরম অমঙল্ল কাংথোকপ

ঙম্মদন লোইখি। মসিমসু থম্মনব খিজিনবুংদ (রিসার্চ ফিল্দ) চম্লগদব লৈত্রি। মচাক য়াওদে, রাখল পিদে, লোল স্নদে। মভাল পিব থুংনৈন অহু নত্তে, নৈনমিন্নবদ পুংময় মথঝিনমিন্নগ লোইবগী মওংনি।

অদুবু থুংনৈন অসি য়াম্ন সুংসিব ইতিং তিংজব মতমসিগী কুপ্প, রাংন কাংলোন নাইন ( সাইন্তিফিক ওইন ) নৈনবগী মফম পিব ঙমজিব থুনাই অসিগী নহারোলসিংগী ইচম চম্ব পাউখোং অহুনি।

## ঈনাৎ মাঙহল্লগে থল্লবরা ?

তেলিভিজন থোরমদ লম লমগী মনাং উংথোকচনবগী অথম্মব থোরাং লৈ। তোম্মন সিনব থোরাংনি। ছৌখিব নবেম্বর থাদ থোরম অহু লৈখি। কংলৈচাসিংগী থাঙ-তা থুদোলদ অয়েংবন মখিং কুপখিদে, চেক-মোক লাউদন য়েংনখি। কংলৈপাকী অথম্মব পুং-কুমহৈদ অয়েংবন থুবাক পেম্ন থুরকখি। কংলৈপাক লাইপোকসিংগী লমদমনি উংপ ঙমখি।

পূম্নমক্কী মিংয়েংহু কংলৈপাকী থাবল চোংবগী থোম্নমহুদ নিংথিন থম্মখি। পেম্ন য়েংনখি। অদুবু থাবল চোংব কুমহৈ অসি করিনো হংলকপনদি কংলৈ-ঈনাংকী মসক তাবপ চংলিব থনগংলব চনুরা মীহুং অহুন 'হোলি' দোলজাত্রাগী (হিন্দুসিংগী) অবের খেলগী) কুমহৈনি হায়দুন খুমখি। থাবল চোংব ঈনাং অসি 'হোলি' গী মনুং চনব, অবের খেলগী লৈচল ওইন ভারতকী মী কোর কয়ামকুমদ ভাকথ্রে।

মেরা থাবুংগী চহি লিসিং কয়া সুরব থাবলচোংবী, লাই হরাউবগী কয়াদ মুং-লাইদন হিংলক্লিব থাবল কুমহৈ, লাইবো চোংবগী খোংজোং বরা, ঔগ্রি হংগেল চোংবগী খোকথিব সাথেক-খোঙজোং কয়াগী ফুগাইন সাংচরকখিব থাবল চোংবী —পূম্নমক খোদ'ঙ নহসিবু অসুম্মক পেনখিব ঙম্নবনিংকো? মৈনদি সেংন থঙব পাম্মগনি, করিনো অমদি মরৈ'র।

---

## অপং-থাজ থোনব চুম্বা ?

মুমকম পিবদি ঙমদব, পুক্লিংদ মরা তাব থাজবদি মীয়ামদ লৈব মথলগী থুংথাজ অসিবু অয়াম্ব মীন লাইরিক লাইসু রাম্ন হৈরবসিং য়াওন 'অপং-থাজ' হায়ন মখিং থোক্লি। রেদিওদসু, লাইরিক বয়াদসু, মীফম অচৌব কয়াদসু, চিং লেম্ন সাম্নব রারী রাভাইদসু — 'অপং-থাজ' অসুম্মক হায়নরি।

অহুবু পংহুন থাজব হায়বসিগদি খর লাপনৈ। মতাং অসিদ মী অহুন নৈনদহুন খঙব ঙমদব লৌসিংগী সরূক খর লৈবদ মী অহুবু অপংব কৌব য়াদে। উ স্থব অমন সনা সাব হৈত্রেগ অপংব কৌব য়াদে। মতমগী লাযয়েংব ফিজিসিয়ান (দা:) অমন মীতৈ মাইবগী সিবগী মতম পিব ঙম্ব মিহুন কাংলোনবু খঙদবদ অপংব কৌব য়াদে। পোৎ অমবু খঙব হায়বসি পোৎ অহুগ মরী লৈনব কাংলোন (সাইন্স) অহু তমদ্রবদি নৈন-

---

## মসি মাহৌবোনগী ৱারীনি—১

### ( ময়দনা হিংচাব )

মমাংঙৈদগী হৌন 'থাগী হিংচাব' 'ময়দনা হিংচাব' 'থাগীগী মী হিংচা' হায়বসি কংলৈচাদিংন হাযনরকই, লিনরকই। লিনরবনিন তারে, খর মথেসু মখঙনরে।। অহুবু অকুপ্প মবোলদি কনানম্ব থম্নদে, কনানসু ইনদে।। মসিমকনি 'ময়দনা হিং-চাব' হায়রগ ফুংগা ৱারীঙম থমরক্লিবসি। ফুংগা ৱারী তাঞ্রবদি মহু মীহৌরোন নত্রে।

পুম্মক ওইজরবস্ন 'থাগী ময়দনা' মীহৌরোনগী ৱারীনি। থোকখিব থৌথোক অমনি। মৈদিংঙু মুংয়াম্ব খ্রি চহিরোন ১৫৬২—১৫৯৭ গী মতমদ কংলৈপাকী নিংথৌ ওইখি। মৈদিংঙু মুংয়াম্বন নিংথৌ ওইরব মতুং চহি ২৬ সুবদ, মৈদিংঙুগী চহি ৪১ সুবদ থাগী হিংচাব ময়দনা লাকখিখনি। থুবাই হাউরমগী কুম মলিয়া ফম্বালচাগী চহিরোন ২৯৮৫ সুব খ্রি চহি ১৫৮৮ সুবদ থাগী ময়দনা ইম্ফাল থোরকখি। মহাকপু কংলৈ মীহৌরোন ইব পুয়াদ 'থাগী মীসা চাপা' থোকলকএ হায়হুন ইহুন থনম্মি।

ৱাকোকলোন থিলেল সনাই অমাইলোন পুকোক পুয়ান মহাকপু 'মৈতানা থাকী হিংচাপা' হায়ন ইবগী। মহাক ঈ হিংন থকপ ফুনব হাংনবগী মহৈ নিংথিন হৈব

---

ত্রবদি খঙব য়াবোই। খঙগদব পোৎতি লাখা কয়া কয়ানি। মালেমসিগী মী পুম্নক্ক খঙলিব লৌসিং পুম্মক পুনসম্ন ফাওবদ খঙগদব পোৎ কয়াগী সরূক ১০০ থোকপগী ১ ফাওব য়ৌবপোৎ নত্তে। অহুনাদ ম চৎ অম খঙদববু অপংব কৌব য়াদে।

চুম্মী নরূগ লানি হায়ব থিজিনব লোইত্রিঙৈদ, নৈনব মপুং ফাত্রি-ঙৈদ, অয়োইব ৱারেপ অম সাগৎপ ঙমত্রিঙৈদ থবক থৌথোক থকন

থাজদব ওমদহুন থাজব হায়বসি অপংবগী খুদম নত্তে। খঙদব, উসিনব চংসিনব ওমদব, মমহুন লৈবগী তাংকক্তি। মরম অহুন অসিগুম্ব থাজব (স্নুপর্সতিসন) অসি ঐখোয়গী লোলদ হুনব তারবদি 'অমম-থাজ হায়বন রাহস্নোক চানব হেল্লি। ওামখোয়কপ মতমদ লানবরা চুম্বরা হায়বহুগী অরোইব রারেপ ওইগদৌরিবনি।

অমরোমদ 'অমম-থাজ' অমথক নৈনব ওমহুন অচুম্ব ওইরম্ব তারবদি, কাংলোন নাইন নৈনব ওমহুন অসেংব ওইরম্ব খোয়বদি—হায়

---

অফাওব লাম্লোম্ন অথোব কয়া অতে নৈপাক্ত ওমহুন লাকপ মখিং তাংদ কিনব মীওই অমনি। ক লৈপাকী অথোব কনানো লাম্বা পিম্ন হাংবনে হায়হুন সীংনরকপনি। মৈদিংগু মুংয়াম্বন ময়াম অমুক তাক্লুরবম্ন মলাক লাম্বা তোগনি কংলৈপাকী হুয়েন লাংলোন মসক খঙহনগনি হায়হুন চায়নখিবনি। চহি ৪১ স্নুরব মুংয়াম্ব মিংথোন ঈম্নুখো প'খংবদ ঈরাংচহুন থমজব থাও খোবোম্ব, খময়নহা তান খুংম্নু ওইহুন ময়দনাগী খুংম্নু যুংলাই পুম্নমক ওমহুন মতক কক্ণুন হাংখিবনি। মী হিংচা অসি ফুমখিবগী মকম হৌজিকফাওবদ কংলা ম্ননুংদ লৈরি। *

## সিদ-হিদাক—১

### ( লৈপাক-কোন্দোন )

লৈপাক কোন্দোন হোৱক্লিব অঙাংসিংনদি মদক খঙনরকত্রে। মখিংফাওব তানরকত্রে। তাব নুমিৎ থোক্লুরবম্ন মসক খঙবদি ওম্নরোই। সিজিন্নবিদ্রব চৎনবিদ্রব পোৎতি কনানদি খঙলগদগে?

থাজরম্ব খুংথাজ অসি 'অপং—থাজ' হায়বসিগ মরী লৈনরোই। 'অমম-থাজ' হায়ব রাহৈ অসিন লাম্লমবম্ন চানৈ, চুম্নমবম্ন চানগ'ন। মরম অহুন 'অপং—থাজ'গী মহুত্ত 'অমম-থাজ' থোনবম হেন্ন নক্লে।

নোংচুপকী লোল খরদ 'স্নুপ'সতিসন' হায়হুন ফজব মখল অসিনু খোম্লিব সিম্ন লেতিন রাহৈ 'স্নুপর্সতিসিও—স্নুপর্সতিসিওনিস' হাবসিদগী খোয়কপনি। লেতিন রাহৈ অসিগী রাহস্নোকম্নু খঙব য়োমিম্নুদন-বিজিনব লোইদন—মুক্কম অম পিব ওম্নুদন থাজন, চৎপ অহুমুনি।

# অমম-থাজদগী কাংলোন নাইরকপ

মালেমসিদ লৈরম্ব অমম-থাজ কয়া কাংলোন নাইব ( সাইন্তিফিক ) ওইরকপ, পুংচুম চুম্বদ থাজরম্ব ওইরে হায়ন কাংলোয় ( সাইন্সন ) চাংয়েং কয়া পাংথোক্লুন ( এক্সপরিমেন্ত তৌদুন ) মমল নাইজ্রব লৌসিংগী লম্বেল ওইরম্ব মসীং নাইদন লৈত্রে।

অনকপ খুদমদ কংলৈপাক অদিগী চহি লিসিং কয়া হিংজরব ঈনাং 'য়েক য়েক চারো মোরৌনব য়াদব' অসি খিজিনব রাংলিব কাংলোনগী সিন্দমশোয় কয়াদদি অমন থাজ ( সুপর্সতিসন ) ওইরম্মী। অহুবু

ওসিদি 'নাপুকাবী' লায়না মী লিসিং কয়াদ লান্দারক্রে। নাকরব ভুংদসু থাউ চাব য়ানদ্রে, কালৈ য়াওব ভিতামিন থকপ য়াদদ্রে ম'য়ক মহাউ য়াওব অকব ঙা কাওব চাব য়ানাক্রে। চনুরা কয়াদি ফিরাক য়াদত্রুন য়ুম্বাল পুন্সি চংব য়ানদবসু য়াওরে। মচা মসু পোকপ ওমগী পাঙ্গল মাংথিব থুদহ কয়া উরে।

তমথিরব 'নাপুকাবী' 'জোনদিস' ময়াম থঙনবিরকত্রব লৈপাক কোন্দোয় য়াম লায়ম লায়েংব ওমই হায়বসি ওসিদি খর্ভমমবগী মতম য়োরে। লৈপাক কোন্দোন অচম য়েন্সাং অমনি, কাহললগ মতমগী চা-কোফি থকপগী মহুত্তা থকপসু য়াই। মহাউ সিন্তক তাগনি, ওইনমগনি, ফিরাক অমসুং পৈগী লাশা লৈত্রব হিদাক্কি। সলাই পুন্সিকম নাপু কাবগী অনান ২৫ রোমদ চাংসং তৌগ্রে। ১০০ দ ১০০ কায়ব ফংথি। নুমিৎ ৭ নিগী মনুংদ হক্কী ঈসিং অচাথাউ মচুওয় নাপু চংসিল্লব মিং নাপু ছাইগৎলম অমদি অমাংবদ তৌকনবন তাইন হায়ম্ব পুমমক হায়গী ফিজুমদ হনজিনলেব ওমথিবসি ১০০ দ ৮০ রোম ওইথি। তসেংন 'লৈপাক কোন্দোন' সিদ-হিজাক্কি। •

কাংলে'নলোয় ( সাইন্তিস্ত ) কয়ান মায় পাক্লব চাংয়েং কয়াগী পাম্বৈন সাগৈ সলাই মসেল লৌনবদগী পোক্লকপ মচা মসুসিং অহ মপাঙ্গল রাংকনি মসা ফব রাংকনি, সোইনাইব য়াওরবগী চাং রাংন লৈ, লাক-পোক তোয়ন য়াওব ওয়োইই, পুন্সিহ য়াম ফব য়াব কয়া মাওঙব য়াবগী অরেপ্প মরম লৈ হায়দুন থুদম উৎত্রে। মুন্দম স'গৎপ ওয়কথিব মিংকুপ অহুমক্তগী 'অমম-থাজ" অমমি থম্রম্ব অদু কাংলোন নাইরে (সাইন্তিফিক ওইরে )।

মঙদ ৩াক্লম্ব ৎিদাক কযান অনাব চাম চাম ফনরি। মঙদ তাকপদগী খঙলকপ হিদাক অহুদগী হিদাক লোন্ন (কার্বাকোলোজিন) মতমগী লায়য়েং কয়াদ মচাক লৌহুন স্নংলি। খুদংদ তোয়ন সিজিন্নরম্ব হিদাক পাম্বীদগী পেনিসিল্লিন, বেনজ ইলপেনিসিল্লিন পেনিসিল্লিন জি, হায়হুন লৌথোক্তুন সেম্ব হৌরকপগী রারী থিজিনবসিংদি খঙনরিবনি। কাং-লোনগী লোন্দ (সাইন্তিফিক লমদ) পেনিসিল্লিয়ম নোতেত্তম হায়ন অসৌব পাম্বীদুবু ঙসিফাওব খঙনরি। নৈব য়োনবদ ক্রিস্তা.পন, ফেলা-পেন, আইসিপেন, স্তেবিল্লিন হায়হুন মমিং থোন্দুন লায়য়েংনব চৎনরিব পুম্নমকসি অমম থাজনি খন্নবম্ব হিদাত্তগী ঙসিগী কাংলোন্ন খঙলিবনি।

মরম অহুন অমম-থাজনি হায়ন থিজিন্দব, নৈনদব, খঙদবন মরম ওইহুন হেক্ত লৌরগ রা লোইসিনব হায়বসি চাওখৎলব মালেমসিদ চৎনব্রে। পাউখোং খুদিংমক কোংননব রাখল খনব ঙম্ব মীওইবন হোৎন-ফম থোকই। অরানব অহুম্নু লেংদব য়ুমফম অহু খঙব লৌইরগ য়ুম্ফম অহুদ হাপ্পগ বক্তদবনি।

মথা মথংগী চেফোংদ ফংবিগনি

## মাইবগী হিদাক খাউ--১

### (তিংগং য়াংগংবগী হিদাক)

তিংগং য়াংগংব উরগ ঐসু অম্নম্ব তৌজরবদি নুংঙাইগ্রনিদ হায়বসি পংখন খন্নরব-লোই। মরমদি পাম্নদ, ফজদে, কান্নদে। মসি অনাব অতে নৈব নত্তবদ তোয়ন থোকই। লায়না নৈতন তিংগং য়াংগংলিবসি মরু ওইন চিঙ্গাক-কাংলোন সোম্নবননি।

চাক থোংবদ মৈ চাকহন্নব সীং চৎনগুম্ন মহাউ (ক্ষেৎ), চনাংগী সরুক 'বাবে হাইস্ত্রেৎ) অমসুং মচং (প্রোতিন) অহুম অসি মীওইবগী হকচাংদ নুংতিগী চংই। পাংগল পি। হকচাং সেমগৎ-সাগৎপদ মচং (প্রোতিন), মচি (ভিতামিন) পোৎচাক (কেমিকেল ইলিমেন্ত) অমসুং পোৎথুম (মিনরেল সোল্‌ত) চংই। ৪ অসিগী মনুংদ মচং (প্রোতিন) অসি মরু ওই। হকচাং চাউ সাংব, ফিভম ফিরেপ চুমহনবগী চাউবব থোরম অমদি চিঙ্গাকী মচংন (প্রোতিন) তৌই। মরম অহুন চিঙ্গাকী মচংগী সরুক চাং য়াম্ন য়াওব অমসুং অতৈ মচি (ভিতামিন) অমদি পোৎচাক পোৎথুম (কেমিকেল ইলিমেন্ত, থ্নমগী সরুক) চাং চান য়াওমিন্নব চিঙ্গাকী কাংলোন্ন তিংগং য়াংগংবগী হিদাক ওইগ-দবনি।




# সদীং সাকোক পুয়া

পুয়া নৈনসং
সলাই পুন্সিফম

পুয়া নৈনবা নাতম।

সদীং পুয়া অসি মপুংদ সরুক অহুম থোক্ন খায়দোকই। খ্বাইগী মকোক থংব সরুক 'সদীং সাকোক' কৌই। ময়ায থংব সরুক 'সদীং সায়ায়' কৌই। খ্বাইগী মমৈ থংব সরুক 'সদীং সামৈ' কৌই। সদীং পুয়াবু ইথান হানব ওইন করিনো কয়াম্ব লিরবগে করম্ব পোংসক্নো খণ্ডহল-লিবসিদি 'সদীং সাকোক' অসিনি।

---

অসিগুম্ব চিঙ্গাক্নী মচল সেম্ব অসি মাম্ব হৈন কংলৈপাক অসিগী মাইবরেল কৈরান মংৌসা লাইরেম্বীগী অচম্ব খুদোলথক্তন সেম্বখী। মসি অসেংব কাংলোনগী মনুং চল্লি (সাইন্সকি মনুং চল্লি)। চহি চা কয়াগী চাং'য়ংগী (এক্সপরিমেন্ত) মহৈ। ডাক্তনি। কাংলোন্দি (সাইন্সতি) চাংয়েংদগী (এক্সপরিমেন্ত) পোকদবনি।

হিদাক ময়াল :—(i) য়েন অমূবী মরুম ১
(ii) লন লন.থামগী ঘী চাং চপ মায়ব
(iii) য়েকমগ চাং চপ মায়ব খোইহৌ

মওং :—ময়াল ৩ অসি চাং চপ মায়ন লোয়গ ওংথায়রগ লোংবগী অমুক পুং ৭ মুক্ত তাবদ অমুক থকপ। খুংথক্তি মাউম খুদিংগী ৩৫ দগী তাদন সায়র সায়রগ য়োংকনি। নুমিৎ ৭ নি, ২ সুব চয়োলদ ৫ নি, ৩ সুব চয়োলদ ৩ নি ৪ সুব চয়োলদ—লোংম অসুম ১৬ লক থরুমদি লোয়থংলকনি।

ফংলিব সদীং পুয়াগী সন্নক মচেৎ মচেৎ চোইন চোইন ফংবস্মু য়াওই। মীরোল য়াম্ন য়ানসিন্নব, মীরোল খরদমক য়ানসিনব অথোই অহেন নাইন মীরোল য়ানব মান্নদব সক্লকসিংস্মু ফংই। সিন্দোকপ মতমদ সিন্দাক্লিবসিং অতুন য়াহৈ অনৌবদ মীরোল্দ সেমদোক সেমদোক্তুন ইথোক্লবগী থুদম চাউম লৈ। অহুবু খঙহন্নিব পোৎসকসিংদুদি অহুম কায়দে, মীরোল খর খর চংম ইথোকপগী য়াফমতনি।

সদীং সাকোক করিনো ? :--মায়চৌ মঙাগ খাগেম্ব নিংথৌগ ফম্মিন্নতুন কংলৈপাক অসিগী হী, য়াই, য়াইওইব হিদাক পাম্বী, সনাগী

---

কমান কমানো--১

( সমুরৌ-চিগোং )

নিংথৌ সনা ঈদি হৌস্ত্র
সেম্বী মুকাক্লে মরু ওইন হৌবে

য়ারী লীবসিংন অমদি স্বমাং কুমহৈ কম্মাদ য়ীয়ার তাম্নিব য়াহৈসিংসি অতৈ কমান হায়ব নত্তে--সমুরৌ চিগোংগী চিলদগী অহানব থোকখিবনি। মায়চৌ খোংনাং-থাবগী চেৎন লুন থমজব সিন্দমলোয় মায়চৌ ৬ কী মনুংদ অমনি।

মিং :--হিয়াংথোং লম্বী পম্বিংদ লৈরিব সমু'রী কৈথেল অহুগী মথা খজিক ওইন মায়চৌ অসি লৈরম্মী। মায়চৌ অসিগী কোম্থোংদ চিগোংলৈ পাম্বী ফজব অম হৌরম্মী। ময়াম চিগোংলৈ মথোক্ত হায়তুন লম তাবপদ সিজিন্নে। 'সমুরৌ' হায়ব লৈফমগী

---

মমল য়াম্ব পোৎসিং, অথম্নব পুয়া কম্না লৈরিবসিবু করম তৌসিগে য়া তাম্নখি। মায়চৌ ৫ সু থুপ্নগে খাগেম্ব নংস্মু লাংব চক্কী লোইম্নকপদ পোক্লকও, নিংথৌ ওইন পাম্লো, মায়চৌ ঐথোয়স্মু পোক্লকখিগে হায়তুন লেপ্নখি। মরম অতুন মথোয়ন পাম্নিব হী য়াই অমদি য়াই লৈকথসিং মকম তাক্তুন থনমসি, লীসিনব য়াবন লীসিল্লমসি হায়তুন মকম মকম চাবদ লীরমখি।

অহুগুদ হী য়াই, মমল লৈব পোং চৈ পুরা কয়াতুগী মকম, কুমফম, লীকম কয়াবু তুংগী মীরোলন খঙহৌননব হায়তুন অরোনব মতমদ অরোনব

মফমদ মী পোং তাহন উহন্দন লুরাং নোংহুম সংদ মায়চৌ নইরব পুয়ানি।

'সদীং য়াহৈসি হৌরকপদ 'সভীং' নি। লম লমগী মফম মফমসিংবু থিন্দুন তাকপ কয়াংলোন অমদি মফমদুদ লৈব খুদম তৌহুন পিব কয়াগী চেজল অহবু 'সভীং' কৌই (তোপোগ্রাফি, জ্যোগ্রাফিকেল লোকেসন তাকপগী য়াহগ্নোক লৈ)।

হী-য়াই ফুম্লব মফমসিং :—সদীং পুয়াগী মতুং ইন্না হী-য়াই লৌসিন্দুন থম্লিব মফমসিং অসি অচম অমত্ত য়াওদে। লাইফম অন্নব, অসেংব মফম, চীং-লাইফম অহৎকপসিং ডাক্তনি হী-য়াই, পুয়া, সিদহীদাক,

---

মিংগ 'চিগোংলৈ' হৌৱিবহ্নী অসব 'চিগোং' হায়ব বাহৈ মতেক অসিগ পুনসিন্নগ মায়চৌবু খৎনথি। খঙনবসিন হেন্দুন কোনুংগী চেজলদ পুয়াদ অহুম সমুয়ৌ চিগোং হায়ন সকথংব্রে।

থৌথোক খর —বীস্ন্ গোস্বামীন কংলৈপাক চংলকখিব মতাংদ য়াগী মীয়ান লাইনিং মথি তাহন্নব সয়ৌ হৌরকপদ তুংদ থোক্কদব য়াবু মাংজোনন হায়দোকপগী তাংকক অমদ মথক্কী সেগী মুকাইক্লে হায়বসি বীস্ন্ গোস্বামীবু খঙনব পাউয়ৌ তৌথি।

তাংকক অমদন নিংথৌ চয়াইরোংবন উদব পোং খঙব ঙমত্র য়েংবগী চাংয়েংদ মী উহন্দন লোম্ন থুংহুম চেংন পাইসিনব চেংক্রুক মতোনবু খঙব ঙমখি। মহুদগী হেন্দোক্কুন নিংথৌন খঙ্‌ব্রিব চেংক্রুক মনুংদ চংব তৌল অহুফাওব তাকখি। চেংক্রুক সেগাইহন য়েংবদ তৌল অহ য়াওরমখি। কোনুংগী মীয়াম্ন অঙকপ পোকহনখিব তাঙলব মায়চৌ অমনি। *

---

উপাল য়াইওইব হৌকম অসিনচিংব লৈব মফমসি দি— কৌক্রু, থাংজীং, হৈবোক চীঙ, লাংথবাল চীং, চীংমৈরোং, থাংগচীং, চীংঙা, শিস্নম সিংথা মাঙমথেন, লা চীং, য়াক্রম পনথোং, কুনাল চীং, চীংথাং, চীংনাং খোংনাং, নোংসাকম, ঈসোক, য়াংবরেন খান চাউব, খুমন সোবগী হাইগংপ চীং, থুয়াই হৈবী মখোঙ, ফৈদা পুঙ, খাবৈ সোয়, লমদাই পুঙ, থৌবান খাব পুং, নিংথৌ পুঙ, ভাকয়েন, ভায়াই, মুংকোইবী, মন্ত্রি খোঙনাং, লৈকিনথবী, পোৎসংবম, মংনাউতা, থাগেম্ব নিংথৌগী কোম্মুংকম, পাসোয়থা, চীংদোন — ৩৪ অসিন মপুংনি।

**তাকহৈদবু সদীং মফমসিং**ঃ—কংলা মনুংদ পাখংবগী মরৈগী মুঙ অম লৈ। হৌজিকসু মমিং হায়রগ কৌরবদি কে-কে হায়ন খোংই, থূদম পি। সদীং পুয়ান মুঙ, অসি লূন হায, পংহায় হায়ব য়াদে।

মুংগোইবীগ তাইপোং থোঙগ ২ গী মরক্তী লমদ য়াই ১ লৈ। য়াই অসি লৈবগী 'য়াইসনা লৈময়োন' হাযনসু লৈপাক অসিগী মিংদ চংলৈ। মফমদি হায়হৈদে। মফমতু হায়রবদি তাক্রবদি মুংলো, মুমিং ও নি সুবদ কৈন চাও হায়দুন সদীং পুযাদ ইরি। ( মফম অসিবু নৌন ইথোকপ মহাভারতকী মনিপুর পুসিন্নব কয় হোংনখৎপ মীওই থরন য়াইবু 'মনি' হায়দুন হল্লগ মফম লৈমযোনবু 'পুর' হায়দুন সংসক্রিৎ লোলদ

---

## মমি মুৎলব লাইফমসিং--১
## ( কোইরেন লৈম )

মীয়ায় থাংজীং থূরুপ মপুং ফান চংনরে। থাংজীং লাইগী খুভমনুং, য়াথোকোন অথত্তবসিংন বারী লীবিহন থঙদবসু খঙনরে। চীংদোনমক্তদ মতা চান লৈব মরম খোঙবারফমি। মতা চাব, লৱী পূয়মকী থেংফম ওইব লাইফম ওইদন নোংম নোংমগী সকথঙনব হেন্নক্নি। থাংজীং কান্নিব, কৌবরু কাত্রিব নুপা নুপী অহু হৌজিক্তি লেমরুকত্রে।

অহবু লাইনিংথৌ থাংজীংগী ওইগী ফম্বাল য়ারিবী ঈমা ইবেম্ম কোইরেনলৈমগী লাইফমদি কনাম্ব হায়নদে, কন্নাসু তাকনদে, কনানসু থূকয়মদন মুমদ হয়ে, কুমে। চীংদোলদ ঈসিং ফংদবগী থূদোংচাদব লৈ, অছিং য়ারেক্তন লৈবদ মীয়ায় ওইরবদি

---

হল্লগ 'মনি অসি লৈবগী মনিপুর কৌএ' হায়দুন সেমদোকপ লাইরিকসু থংনরে )

ভায়াইদ থাংক কমপোংমৈগী কাকলেনয়াই অম লৈ, কাকলেন য়াই কৌবদি মাদনে। মফম তসেংন তাকহৈদে, মপু লৈতে ✱ হায়দুন পুয়ান ই।

খুমনসোয়গী হাইগৎপ চীংদোনগী নোংচুপ লোক্ত সিদ হিদাক লামন অমুব কৌব পান্বী অসি হৌই। নিম হৌব মফম ওইরম্মী। লাইফম অরূবনি, তাকহৈদে। ✱

[ * মপু লৈতে হায়দুন হেক হেক সদাংদ পল্লিবসি ৱাহন্থোক ২/৩ অথঙ অহৈসি ন হৈমে। সলাই পুনসিফম পুয়া লোয়সংন উজা থম্বব অমদি অতৈ পুয়াগী মিংচেং চিংসিন্দুন নৈনৱকপ অরোইবদ মফম মফমদ চৎতুম খুদম-চাংয়েং কয়া য়েংলুরব তুংদ ফংলকবিব ৱাহন্থোক্কি ময়াম হম্নবগ থম্ন তোল্লি।

অমুব পোৎ অসি মায়চৌসিং অদুন তৱাই তৱাই লীসিনব থক তৌরমদে মপু হায়ব অম নাইন সংদুন লৈ। হী য়াই সংব, য়াইসংব, পোৎসংব হায়দুন সাগোম্নব লাই অম লৈ। মতোন্দ কাংলোন অহু চুম্ন হায়জরগ পোৎ অহু য়েংব য়াই, তোব য়াই, লোথোকপফাওব য়াই।

খুদোংচাদব লৈ। চীংমায় ওম্মী, চীংচেপ ওামথৈ, চীংয়াং কেল্লি, মসোং নাই। মহুগী খুদোং চাদবনসু মর ম ওইব য়াই।

মহুসু নত্রি, হেক থংনন, নক্ক লৈব নুংগী হি নৌ থিনদে, যৌওইবীগী মচু ৭ লাংব' নুং কনানমু থিনদে, হংনদে, লোকনিংথৌ মখিং পম্নদে। অথুনদি, কোইরেনলৈবগী খুভমসি মখি মুংলক্কব, থঙনবিরকত্রব ওইসিল্লকপনি। নকপ লাম্নগী ৱাফম নংত্রি খঙনরক্কবগী ৱাফম্নি।

নুমিৎ থোরকপ মতমদ থাংজীং খুভম মমাংদ লেপ্লগ খুভমগী ওই থংব মায়কৈদ ফুট ৩০ পাক্ক লম য়াংলগ থোঙ সানফম মফম য়েংন হাইদোক হাইজিন্দ ফুট ৪০—৪৫ থম্লগ চৎথবদ ফজত্রব লাইথোঙ ফাৎপ য়াথোকনুং অম থেংনগনি। মায়ওন্দুমক ওল্লগ মাংদ লেম্লদ ফৌওইবী নুংবী লৈরবদি মফমহু কোইরেন লৈম ঈমাগী খুভম সোয়ত্রে থঙবিগনি। ( অকুপ্প মরোল কংলৈখোল সংলেন্দগী ফংবিব য়াগনি ) *

মরম থঙত্রবদি পোৎ অহু লোবদি লাইরহুন উস। অমা থেক্লুব, উ অম যাল্লবদ সিব, ভাওবফাওব ৭/৮ চং চং লাউব খুদম ফংলকখি। অদুন 'মপু লৈতে' হায়বসি পোৎ অহুবু সংব লাই অমদ সিম্নদুন হেক হেকে থম্বসি অসংবদ সিম্নরমদে হায়বনি হায়ন সলাই পুন্সিফম পুযা লোয়সংন হল্লি।

* মফমসিদ 'তাকহৈদে' হায়দুন পল্লিবসি সলাই পুন্সিফম পুয়া লোয়সংন পাম্বৈ কয়া লৌদুন থিরব তুংদ হায়দোকপ য়াদবগী ৱাফম নত্তে হায়বসি লেপখি। মফমহুদ চংদুন সিনি হায়দুন তাকপ, খুং থিন্দুন তাকপ, ওকসম ওক ইন্দুন তাকপ মিংন অপাম্নন তাকপ য়ু'দবগী ৱাফম্নি।

খুমনসোয়গী লাইকমসি ভকসম ইন্দুন তাক্লবদগী ভক ওখোয়কপ য়াদম্মুন লাইগী লাইখৌ হৌনবী পাংখোক্লগ য়াব, খুদোনবী থিল্লবদগী খুদোনবী কোনসিনব য়াদম্মুন চয়োল ১ হেন্না লৈক্কয়গ হৌনবী খঙব মী থেংনম্মুন লাই তাইনয়গ ফখিব, মিৎন তাকপদ মিৎ সেপখিব থৌথোক য়ায়ী ( কেলহিস্তরি ) কয়া ফংলকখি। অদুগ য়ারীন মফম অমদ খঙনব তাকপদি করিমু তৌদে, য়াই।]

পুয়া ফুম্ব মফমসিং :—পুয়া ময়ামগী ফুম্ফম তাকপ অতৈ পুয়া খর লৈরি। সদীং সাকোক অসিদ পন্নিবসিদি অয়োনব হী-য়াইগী ময়মদ ইব পুয়ান অয়াম্বনি। খর অমন অন্নব লাইগী হৌদকফম ইব অহৎপসিংনি। পুয়া লৈব মফমসিংদু মখাদ পিরি--

## অদোমসু মখনবীমু—১

'নোংদা লাইরেল প্যাখংব' মীয়া? লাইরা? লাইরেল্লা? তন্নরাইরা? খঙদব তাদব লৈত্রব য়িং অসি করম্ম খঙনরিবগে?

য়াইবক্কী লাইরোলদ নোংদা লাইরেল পাখংব হায়নন লাইখৌ তৌরিবদু লাই ওইন খুরুম্মী। লোংদোন্দগী তারুকপ লাই অম্মুম করারক সীংথাই।। য়িং অসিদসু লাই অথোইব=লাই+লেন হায়।

পাখংবগী য়ায়ীদ লিল ওইন থোকই, লিল ওনব ঙ্গসিদি লাইনি, লিলসিমু অথোইবনি অচব নত্তে—অদুনদি লাইরেল তারে। লিল অসিগী থোক্লিব মহেক্কসংন লমথাং খুলক, খামেন চৎপ, নিংথম সম্জিম্মাংব কংলৈচাসিংগী ঈনাৎকী য়িং কয়া থোকখি। মীংদি মহেক থোক্কে, লাইরেলগী মহেক্কি—লাইরেলনি।

লায়োন ৯ থোক্ক খাইদোকপ, লায়োন ৯ দ ইব পুয়াগী লীফমদি—নোংমৈপুংনি। সদীং পুযাগী লাইরিক মপুম অম লীম্মুন খনম্ব মফম্ম—লৈকিনখবী তনথয়কপ মফমনি, মথক্ত হৈবী অম থারম্মী। লোয়েম্বন সিজিন্নয়ম সদীং পুয়া অদুদি পুহানগী উপুদ হাপ্পুন খুদুপ ৫ লুন ফুম্মী, মফমদি—মন্ত্রি থোংনাং মথোংদনি। পুয়া মপুম ১ গ হৌয়কলোন ইব পুয়া ৯ গ ১০ অসি লীরম্ব মফমদি—চীংমৈয়োং লমথৈ মুঙমুংবীদগী নোং-পোক্ত লম ৭ চংলগনি। খুদুপ ৫ লুন ফুম্মি। খাংগ চীংলক্ত খুদুপ ৯ লুন

পুয়া ১ ফুম্লমমী। ফুনাল চৌংগী খা থংব চীংখোঙদ তমগী হাইপংপ অমিগী মরক্ত পুয়া ১ ফুম্লমমী--খুত্তপ ৮ লুন মুংগী উপূদ থম্লমমী ( মুংন খাদুন, মুংন মথক্তসু নম্ল থম্লন্বগী রাক্মি )।

নোংসাকম ঈরেলগী তুথূপ্ত কোরিগী চযুদ হাপ্তুন পুয়া ১ খুত্থপ ৪ লুন লীসিলম্মী। চীংনাং থোংনাং মথোংদ চারোনগী উপূদ হাপ্লগ খুত্থপ ৬ লুন লীসিল্লমমী (চারোনগী উপু হায়বদি চা মহি চেলহল্লগ সেম্ব পুয়া থম্লব চাগী

---

লম্লক্ত লাই ওক্তদুন নাবদ নেংদা লাইরেলগী লাতম ফংলে হায়ত্তুন মাইব মাইবীন পৌ তৌই। লাইউংনবদ নোংদোল লাইরেম্মরা নোংদা লাইরেল পাখংবরা হায়দুন কম্ল হংনবসু কোংগায়নি। ওক্তব লাইবু তংরাই কৌই।

মীহৌরোনগী চেনান নোংদা লাইরেল পাখংবদি মীনি হায়ন ইরি। খুইয়োই তোমপোক নিংথৌগী মপাবুং ঈবুংঙো থ্রি। চৈহিরোন ৩৩ সুবদ নিংথৌ ওইখিব নোংদা লাইরেল পাখংবনি। নোংদা লাইরেল পাখংবন পোইরৈতোনগী মচল নুপী লাইমা লুহোংখি। কংলাদ মেন তোংতুন নিংথৌ ওইখি। লাই অমখক মী মরক্ত নিংথৌ ওইখি হায়বদি নৈতে। মীন পোকপনি, মচা নুপা খুইয়োই তোমপোক মীনি। -

অরোয়বদ নৈম লাইস্নানদি লিল অসি মপুরোইবনি হায়ব খঙলে হায়রি। চৈথারোল কুম্বাবদ ইরিবন মাদি নোংদোন্দগী কুম্লকপনি মীসু ওইব মাই লাইসু ওইব মাই হায়ন নোংদা লাইরেল মসান হায়রে।

অদোমসু মখনবিয়ু—মী? লিল? লাই? তম্ররাই? লাইরেল?

---

কুয়োম অমনি)। খুরাইগী হৈবী মখোঙদ য়োংকী উপুদ হাপ্তুন পুয়া ৮ লীসিল্লমমী। খুত্থপ ৪ লুন ফুমমী। থাবৈসোম মুংথাবীদ পুয়া ১ মুংন মন্দুন থনমমী। লমদাইপুঙদ সদীং পুয়া ১ কোরিগী চফুদ হাপ্তুন খুত্থপ ৭ লুন লীসিল্লমমে। নিংথৌবুংদ হৌরক্লোন ইব পুয়া ১ কোরি চফুদ হাপ্লগ ফুম্লমমী।

— মখা মথং চেফোংদ যংবিগনি।



নুপীগী লাতম
--খোইবী লৈম

# কংলৈ চনুরাদ ইমোইনু লাইরেম্বি

## ১ব—সরুক

কোইরৌ ঈপা সিদবন ইমোইনু লাইরেম্বীদ তাইবংগী মরল কুবি-রুনব, নুংঙাই য়াইফ থৌজানবিরুনব থৌসিখি। অসুম্ন তাইবংপানবু চাক্লনকুবিরুরব ভুংদ করি করি নথৌ নঙম পাংলম্নে করি লমচৎ অহকপবু

### কাংলোনগী তাইবং

### ( থম্মোয় লাইয়ুম )

কংলৈপাকী করাংলোন্দ ( ফিজিওলোজিদ ) থম্মোয়বু লাইগী মমুথি হায়রুন লাইয়ুম কৌই। মীওইবগী অহোব ফমীগী ঈরিক ওইন মমাগী নাউয়োমদ ( রুধদ ) লৈরিঙৈদ ঈ য়াওত্রি, সিংলী নাউরী সাগৎপ হোত্রি, সরু মমাং পাস্ত্রি। অদুবু ঈ লৈত্রিব ফমী-ঈরীক অদুন মুপগী চয়োল ৩ থক্ত ভায়রিঙৈদগী হায়বদি মী অমগী পুম্নিগী ইহালহাবব ঈসিং ওইন লৈরিঙৈগী মতমদগী থম্মোয় অসি লৈরে। চয়োল ৩ দং ভাইত্রিব ঈরীক অসিগী মনুংদ থবায় পান্দুন থম্মোয় অসিন মিকুপ ১ দ ( চাউরাক সেকেন্দ ১ দ ) অমুক অমুক মিহুল ওইন হুত্রি। মিনিং ১ গী মতমদ থবায় পানব হোৌরকফম থম্মোয় ( হার্ট ) অসিন ৬০ রুক হুত্রি।

থনম্নে হায়ন কোইরৌ সিদব ঈপান হংলকখি। ইমোইনু লাইরেম্বীন মহাকী ইমাং মুখিং অরেম্বব অদুম থনম পাউদমখি—

**হে ঈসাবী সিদবও, ইমোইমু অহোংবী ঐহাকী**

**চাৎ কুমজা কমচব কমগী লাকায়ন লাইবদি**

লোইদাম য়াকচীং থাগী থাবাল ১২ নি পানবসে
লাইরেম্বী ঐগী লাকয়েল ঙমদাই নোংনে।
লাকয়েল ঙমদাই নোংসিদ
ইমোইনু ঐবু ঈরাৎচব অহুদি
অরাং অপা লৈতব থৌজাল লল কুবিরমএ।

তাইবংপানবগী চাক্লনকুবিনব মিস্থা য়ারব লাইরেম্বান কোহরো সিদবগী মফমদ পাউতমিব সরাক অসিন ঈমা ঈবেম্ম লাইরেম্বী অসিগী লাকয়েন ঙমদাই হুমিংতি য়াকচীং ১২ পানব অসিনি হায়ব থঙই।

---

মীওইবন তাইবংসিদ পোক্লব মতমদগীদি থম্মোয়গী মিহুল অসি অসুম থ্বজিল্লকই ১৪০ ফাওব মিনিং অমগী মনুংদ হল্লকই। মীওই সুরক্লব মতম অমদি চহি য়ামসিল্লক্লব মতমদদি লেংদন লৈব মী অমদ থম্মোয়ন ৭৬ থক্তমক মিনিং ১ দ হল্লকই। অকনব থবক সুরগন ১৪০/১০০ চাদ হেনগৎলবই। চহি ১০০ পুনসিব মী অমগী পুন্সিদ থম্মোয় অসি মিলিয়ন লিসিং মঙারোম চোংই। মিকুপ ১ লেপ্প লৈতে, চোকথব নাইদে। হকচাং করাং কয়া পোথাব মথৌ তারবসু থম্মোয়দি থক পোথাদে, পোথাব য়াদে।

অহোবদ থরায়ন থম্মোয়দ চংহনবা ওইন লৈব হোয়কখিবহু অরোইবদহু থম্মোয়দ লোই। থম্মোয় (হার্ট) হনব চোংব অরোইবহুন পুন্সিগী অরোইবনি। মতমগী কাংলোয় (সাইকল) থঙলে—নুপা নুপীগী মায় পাক্লব ঈতিম্নব নুমিং অহুদগী নুমিং ১৮ নি হেক সুব হুমিত্ত থম্মোয়ন লেংব চোংব হৌই। অরোইব থম্মোয়ন চোংবহুন পুনসিগী অরোইবনি, হুম অহু সীরবনি। অহুবু সিব কৌরে। থম্মোয়বু কংলৈ কাংলোম্দ 'থম্মোয় লাইয়ুম' থোল্লিবসি চপ চাবনি।

---

## থাগেম্ব নিংথৌগী মতম

নিংথৌ থাগেম্বগী সনা হাকথক্ত মায়চৌ অপোইননা মচাদগী য়ারী সীংবুল পুম্নমক তারগ য়াকচাং ১২ পানব অসি লৈপাক পুম্নমক হুপ্লুন ঈমুং ঈমুংগী তৌনরম থৌরম অহুগী মথক্ত পাক চাউন পাংথোকহনখি। লৈপাকী ওইন লাইথৌ তৌহুন মৈরা কংতুন লাইরেম্বীবু ইরাংখি। চহি চহি অহু কংলৈপাক পুম্নমক চাকহোং ঙাহোংখি, অরাং অপা লৈখিদে, চাওখৎ পোথাং কয়া পাংথোকপ ঙম্মুন "মিং চংখি '

খোইনাই সেলহোংবগী মতম :—খোইনাই সেলহোংবন নিংথৌ ওইরব মতমদ মপাগী হাকথক্ত ইমোইনু লাইরেম্বীবু লৈপাক সিনব থুংনা ইরাৎতুনা লৈপাকী অপুনব থৌরম ওইনা লাকয়েন ঙমদাইবদগী মমিং চৎথিব চাকহোং ঙাহোংখিবগী পরম মুংহন্দনা লাইথৌ তৌরম্মী। সগোল-পাউ থাদুনা ঈমুং ঈমুংদ তৌনবত নত্তনা লৈপাকী থৌরম ওইনা মৈরা কৎতুনা ইমোইনু লাইরেম্বীবু মকা লামহল্লু হায়না পাউজেনখি। লৈপাক হুপ্প থৌনিখি।

চহি অদুদগী চাকহোং ঙাহোংব, লল থুম চংব, লৈপাক মরাই তাদব, চাওথৎপগী মথক্ত হায়নিংঙাই লৈতনা মখোল হাপকংখি। কংলৈপাক

---

পিক্ল পিক্ল মথৌ কনব থম্মোয় :—

মালেমগী কাংলোনগী সকখঙলব থ্‌ায়দগী চাউব থবায় পানব 'হ্‌ালং' তোন ১৫০ লুম্ব অমগী থম্মোয়না মিনিং অমদ ৭ খক্তমক হুল্লি। মথং চংলিব তোন ৩ লুম্ব 'সাম্' অমগী থম্মোয়না মিনিং অমদ ৪৫ লক হুল্লি। কে. জি, ১৩ খক্তমক লুম্ব 'হৌদোং' অমগী থম্মোয়দি মিনিং অমদ ২৪০ রক হুল্লি। গ্রাম ৮/৯ খক্তমক লুম্ব 'মোংব' নত্রগ 'তিত্তিনাউ' উচেক অমগী থম্মোয়না মিনিং অমদ ১২০০ রক হুল্লি

পোথাদব থম্মোয় হৈন পোথাজে :—

মী অমগী থম্মোয়না অমুক অমুক হনব অসি সেকেন্দ অমগী ০ ৪২ চ্‌ই (থবক অকনব মতম নত্রবদি)। খুৎহনা হমগ অমগগী মরক্ত কায়বনা সেকেন্দ অমগী ০ ৩১ নি।

অদুবু পুক্লিদ মিন্নিয়না লিশিং মঙা তেম্না কাপ্লিব হুল্লি। থম্মোয়না থক্ত পোথাত্রবসু সরুক ২ থোক্ল খায়দোকলগ অমুক অমুক পোথানৈ। থম্মোয়গী ১ব হায়সংনা

---

পুম্নমক চাব রাংত্রে ঙাগী থুমগী সেলগী অরাব লৈখিত্রে। অম্সুম কংলৈতা ফাথিবসিংনা নিংথৌগী মিংবু 'খোইনাই সেলহোংব' থোয়খি।

কংলৈপাক য়াইফব ওইরে, মুংঙাইরে, খুনজাও লৈচাওরে হায়দুনা মুংঙাইবগী ঈপোমদুনা পেল্লদুনা নিংথৌ সেলহোংব কৌরববু- 'মৈদিংঙু পোইরৈ খুনজাওব' হায়না মিংহনখি। ঙসিগী মীহৌরে'ম খুনজাওব' নিংথৌ হায়না মমিং চনসিল্লিবসি অতৈ কনা নত্তে, নিংথৌ অসিবুনি।

লাইরেম্বীগী সাইওলসিং :—ইমোইনু লাইরেম্বীগী সাইওলদি— সেম্লদ ভোংখ্রগ লৈল্লেম ওই, লোইমোম ফৌগৈমুংদ য়াত্তারগ ফৌওইবীনি,

লেমলৈ ঙাক্তক্ত তো লগ ঙাৰৈম ওই, থুমখোংদ থুমখোং লাইরেম্বী ওইন ম্বাতারগ থুম্লৈম ওই, সিলদ তাংলগ সিল্লৈম ওইন সাইওল্লি। হী পোক-পগী হীপোকপী, য়াই পোকই হায়বগী য়াইপোকপী, হীদ তোংলগ হীলৈম, য়াইদ তোংলগ য়াইলৈম কৌই। তাইবংদ হী পিবিরগে থম্লগ হীকুবী, য়াই সিন্নবিরগে নিংলগ য়াইকুবী কৌই। হী য়াই পুম্নমক্কী লাইরেম্বীনি হায়বগী য়াইসনা লাইরেম্বীসু কৌই। ঈসিংদ ম্নাতারগ ঈরৈম কৌই। হুয়েল লাংলোন লালফমদ লাল্লৈমসু কৌই।

ইমোইনু লাইরেম্বীগী খুভম :—অঙাং কৌক্রু অন্তম্ম ল ইনিংথৌগী সংগাই যুম্ফম মচা কোন্দুন ইমোইনু লাইরেম্বীগী লাইক লৈ। মফম

---

( ঔরিচলসন ) মথক্কী তংখাই ওইরগ সে অমগী ০ ১১—০ ১৪ চংন চপসিল্লি অদুগ সো অমগী ০ ২৬ ম্নাম্ন হৈন পোখাহৌই। ১ ব হামসংন লেপ্লিডৈদ ২ ব হামসংন ( ভেল্লিচলসন ) সে অমগী ০ ২৭—০ ৩৫ ফাওব চংন অমুক চপসিল্লি অদুগ সে অমগী ০ ৪৫—০ ৫৩ ফাও পোখাহৌই। হামসং অনি অসি সিম্ন সিম্নদুন অহিংগী য়ারেক পাম্নবগুম্ন ওম্মোক্ল হৈন পোখাই।

অসুক হৈন হন্মোয় ল.ইয়ুম অসিন পোখাবগী কাংলোন অম চংলমম্নবদি মীওইবগী পুন্সি অসি খাড়ুথক্ত লোইরমগদবনি। অম্ন্ন হৈ সি'লব থৱায় অসিন মহাক্কী কায়-দোং মুম থম্মে ম্নগী ১ ব হামসংদ নোংমগী মনুংদ পুং ৩ ৫— পুং ৪ অসিদগী হেন্নে থবক সুহন্দে, পুং ২০ পোখাহল্লি। ২ ব হামস বুন নোংমদ পুং ৮ ৫—১০ ৫ ফাওব থবক সুহল্লি অদুগ পুং ১৩ ৫ দগী পুং ১৫ ৫ ফাওব পোখাহল্লি। পোং অমতংদ তংখায় তংখায় পাল্লি পুন্দুন মীওইববু সংন হিংহল্লি। *

---

অদুদ ফোওইবী সাইওল তৌদুন তাইবং মীওইবসিংদ চাক থোংব ভম্বী-রম্বী হায়দুন ইমোইনু ফুহৌথেল হায়নসু লাইফম অসিবু থগৈ।

সলাই পুন্সিফমগী থিজিনব কাংলুপ্ন ( সরভেতিম্ন মফম অসি সেং-দোকুন চহি ৯ মৈরা ১০০/১০০ কৎতুন কেক্রুগী ইমোইনু ফুহৌথেল অনি ঈরাংলক্লি, কুমসিগ থারবদি কুমজা ১০ সুরে। ইঙরিবী ইসামক থিজিন কাংলুপ ( কৌবরু সরভেতিম ) অসিগী চম্নরাসিংগী মরক্ত অম ওইন য়াওজদুন লাইফম সেংব, লম্বী হাইব, মীয়ামদ লম্বী পিনব সেম্ব

য়াওরকখি। হৌজিক মফম অসি মীযাম্না খর খর খঙনরক্নুন ঈরাৎ পাং-খোক্লম্লকপ চহি ৩/৪ সুরক্লে।

মফম অসিদ ফুংগা মুংদ্ৰম ৩, য়োংসবী মখোঙ ৩ হায়দ্ৰন কংলৈ-পাকী ঈনাৎত ফিথ্ুপ ৩ লৈরিবসি ইয়োইম্ন ঈমাগী ফুংগাথেল অসিগী মুংবী ৩ অসিদগী লৌব কাংলোম্নি। মুংবী ৩ অসি খা রাং-নোংচুপ অমুম্ন লৈ। মঙাং-লুরাং-খুমন হায়রতুন কোইরৌ খোঙযম ৩ লৈরিবসিগী খুদা মুংবী ৩ গী য়াম্ন মুংসিগ্নব থেল অমনি।

লাইরেম্বীগী ঈমুং মম্নুংদ লৈব কাদি মোংব য়ুমলেন কাজাউনি। য়ুমগী মপুং ওইন হাপ্লিব লাইরু কা অসিবু য়ুমলেন কাজাউ কৌই।

---

## অদোম্ন খঙবিথ্রবা ?

(১) লালদ হু য়াওব নুংসিং থাগিনব, মহৌক থাজিন্দুন লান্দাব অমম্নুং মীওইববু নিংলা হোনব ভমহন্দত্রন হাংপ লালগী মীহাং য়াদে হায়রতুন ইউনাইতেদ নেসন্স ওর্গনাই-জেসনগী ( ইউ, এন, ও গী ) দ জিনেভা প্রোতোকোল ওফ ১৯২৫' অসিন লেপ্থি।

(২) ভসিগী মীওই কয়ান চারিব চিঙাক্ত মচি ( ভিতামিন ) মুন য়াওদ্রে হায়হন্ন কিনৈ। অহবু চাংয়েং বয়ান নৌন খঙহনম্রে—মহ্রদি মী অমন মচি (ভিতামিন) খর সুকয়াও য়াওহন্দন নুমিৎ ৫০ দগী ২০০ ফাওব হায়বদি থা ৬ হেম্ন চাবদ করিসু অকায়ব লৈতে।

(৩) মিরাং সেম্লিব মি পাখং অমন লুহোংব নুমিৎত থরায় মাংই। মওং অনিদ সিব তাই —(1) মি পাখংত্রন অমোমত্রগ অমুক্তং পাদোংবদ ( মেতিংদ ) অমোমত্রন

---

হেক মাথোক্তুন লৈব মুপসিম্লগ য়ামপক তান সাথুম্ন মফমদি ফুংগা লাইরু' হায়বসিনি লাইরু হায়বসি মঙাং-লুরাং খুমন ইয়ু ৩ গী অরোইব নিংসিং খুদম খুমন তাব মফমগী মপাদ লৈরিবসিনি। ফুংগান নোংচুপ পাংন সীং ইম্লগ খা-রাংগী ময়ায় মপাদ লৈরিব নোংচুপকী য়োং-সবী মখোঙত্রগী মপাদনি। অরাং ইম্লগ নোংপোক-নোংচুপকী য়ায়দ তারিব অরাং থংব মখোঙগী মপাদনি। মফমু অসি ঈমাগী হৈকৎ লৈকৎ তমফম্নি।

চম্নুরাসিংদ ইমোইম্নু লিচৎ :--মালেমসিগী পুম্নারীদ কংলৈ চম্নুরা-সিংগুম য়ুম্বাল সিম্বাদ সরুক ম্নারকপসি অতাংবনি। সা-লাল ভোইন থোক্লবম্নু চম্নুরাসিংগী লমচৎ, লীচৎ ফজবসিংহ্নন য়ুম্বাল পুন্সিদ অকায়ব থোকহনব ঙমখিদে। চেকসিন্ন পানব য়ুম্বালদ লাম্বা লৈরকত্রবী ঐখোয়গী চম্নুরাসিংগী মুংগী চপ মান্নব ঈচেল অমদি লৈরমযম থোকই।

লৈখোম মরক্ত লৌলিংব, লৌ পেংব, খুৎলংদ লৌ থাওব-লৌ য়ৈব, ফৌ হোনব, ভাফা তম্বদ, সীংজন সীংখাংদ, ইংখোল কোম্নংদ, ম্নাইতৈ লমসেংদ--মসা নাম্ন, মসা মনম মহা চেন্দন থোঁথোক খুদিং ফিজেৎ লৈতেং তোঙান তোঙান হোংহ্নন মতু লংন পুক্সিবু য়োক্তুন থম্ব ঙম্বী ফুকপ অম

হাংলি চাথোকই (II) নত্রগ পাদোংনবগী ম্নাম্ন লোম্ন হুরান্দুন চৎই, মহ্নদ মাংজোনন খঙ্খ্রবদি লাবদ্র হাক্তোকই, চাথোকই। মি মথল থরদি মি লাব ১০০ পোকপদ অ'মাম্ন ১তমক ম্নাওবগী ঙক্লরহন্হ্ ম্নাম্ন সিখিব তাবগীনি ঙকফম লৈরমদ্রে।

(৪) কাক মকোন্দ মরুম কোকসিন্নম্নগ লোম্ন চেল্লক্তুন কাকপু মরুম কোনহ্নন-বসি লাল্লি থনব কোকিল মথল অম লৈরি। মখোয়ন অতৈ উচেক্ল মকোন সানরকপদ নুংঙাইগদব অম অতৈগী মকোনসিং অহ্নদগী থাল্ল। হেক্ক সাব লোইবগ কোকিল অহ্নন মরুম কোকসিল্লি, লেম্ন চাবদি বদনামযাওব চাব কাম্নদে হায়বহ্নগী মওংদ মীগী মকোন্দু য়ুন্দুন কন্দুন লৈ কোকিল লাবহ্নন চান্নগে হায়বগী থৌরাং তৌহ্নন লৈ।

মকোন সাজবম্ন উচেক্লন তল্লক্তুন অতোম্ন অম অমুক সাজখি। অহ্নদগী কোকিল ২ হ্নন ঘুম্বুরেল ওইন চীং লেম্ন পানব হোই। *

হৌজিক্কী ভারত্ত থিব ম্নাগনি। থবক ম্নুবন মে ৎতাই মুদাইনৈ, অনাম্ন-বন থবক মুদব মীনাই লোইব ইমুং ৎইগল্লি।

মুপা লৈতব মতমদ থোঙ ঙাকপ ঙম্বী, লৌসিং মাঙদবী, লালগী মওমদ য়েক্ল লাম্বা তৌব ঙম্বী চম্নুরা তাংগনি। লমচৎ সাজৎ খু'সা হৈব, লল্লোনব, চারা তানবদ কংলৈ চম্নুরাসিংগী লাম্ব লৈরক্তবনি। ঈমুং অমগী সেৎন চানব ফি ফাওব মীঙোন্দগী লৈরকত্রবী, মসা মসান ময়ুম ময়ুমদ পুক্সি চুপ্পদ সিজিন্নগদব ফি পুম্নমক লং নাইহ্নন সাজব ঙম্নকপগী ম্নারীন থল্লগদব কংলৈশাক্কী চম্নুরাসি নি।

পূন্নমক অসিবু তরাই তরাইব রাফম্না ? নত্তে। মসি পুন্নংঙ্কী লমজিং পিরিব, ফিদম পিরিব, খোং পিরিব, মমল য়াম্নব থংকসিং অসি মায়্ পাক স্নপী থুদিংন পাংথোকপ ওমহল্লকপ লম্বেলসিং লৈত্তব য়াংরোই। মতু থুনাই অসিন লাইবক ফত্নন ফংলকখিব ইমোইন্নু ঈমাগী লীচং সাজৎসিং অত্নন থরাই ওইরকখিবননি। অত্নন্দি ঐখোয়ন মাচৎ অমত্তং ওইরবস্নু নৈনফম থোকই। মপান নাইদব ইমোইন্নু লাইনিং লীচংকী কাংলোনসিংদগী থজিংক্তং লোৎলগ তুংগী চম্নরাসিংগী মরাইবক লেপ্পনব ওসিগী মীরোন অসিন নৈনরমফম থোকই। ✻

---

## মসিবু অরোনবরা অরানবরা ?

কৈনা চীংবু 'ভাস্কোর মুখগিরী' কৌই ॥

ভাস্কোর=আসামদগী লাকপ গোবিন্নামনাই অম,

মুখ=চীল, গিরী=চীং। মাগী চীনবালগী চীং তারে।

কৈনা চীংদি কৈনা চীং অত্নম ওইজন্নন লৈরকই, হৌজিকস্নু কৈনা চীং লৈরি, খঙনরি। চীং অসি কংলৈপাক্কী লাইফম্নি। চিংথংখোম্ব নিংথৌগী তুংদদি চীং অসিবু 'ভাস্কোর মুখগিরী' কৌনরকই। লাইরিক্তস্নু ইরে, বম্বোংপুৎপু 'গৌরনগর' নোংমাইজিংবু 'নলকম্ম গিরী' কৌরকখৈদদি কৈনাবুস্নু 'ভাস্কোর মুখগিরী' হায়রনরে। অথুনদি 'ভাস্কোর' কনানো, করিগী 'মাগী চিনবালগী চীং' কৌরিবনো, ওসিগী খুনাই অসিন খিনরি।

মীহোৎরোন্দ 'ভাস্কোরদেব' ইত্নন লৈ। চিংথংখোম্ব হাকথক্কী আসামদগী লাকপ বৈস্নবনি, চিংথংখোম্ব নিংথৌগী পাউত্তাক লোৎম ওইরম্মী। মহাক কৈনা চীংদ সং সাগ্নন লৈরম্মী। ভাস্কোর লৈব চীং অসিদগী গোবিন্দগী সক্তম সানব থৈবোং য়াল্লি। থৈবোং অসি গোবিন্দন মংদ তাক্লবনি, ভাস্কোরন লৈব চীংসিদ হৌরমগী হায়রন মংদুদ মথনি। থৈবোংঙ্ হৌরম্মী, য়াল্লম্মী, গোবিন্দ সারম্মী।

অতোপ্প মং অমদন রাস লিলা উরম্মী। মংদ উব রাস লিলাগ্নগী ঈসৈ, জগোয়, পুংলোন, ফিজেৎ লৈতেং লোইন নিংথৌন চিনক্কা পুরম্মী। মিকপ থোরক্লগ লোইন নিংসিংহন রাস লিলা সিংথংলম্মী, কংলৈপাক্ত রাস লিলা ইহান হান্ন হৌদোকখি। সামু ফাবদস্ন মংদ গোবিন্দ উবি, ফাসু ফাবিখি। মতাং অমদন ভাস্কোর অসি আসামদ সামুগী মউং ( সামু পাম্নব ) ওইরম্মী হায়রি।

ভাস্কোরন লৈরব চীংবু ভাস্কোর মুখগিরী কৌব ভাস্কোর মুখগিরীদ গোবিন্দ সানবগী থৈবোং হৌংগী মং নিংথৌন মংব, সামু ফাবস্নু মংদ মংব, রাস লিলা মকোক্তগী লোইবক্তাওব চিনক্কা পুবস্নু মংদ পুব—মং মরাম।

মসিবু মীহোৎরোল্লা, অরোনবরা নত্রগ অরানবরা ? ●



## নহারোলগী লাতম

১৯৮৭ সলাই পুবেন্ন নহারোলসিংদ পিব পাউজেল।
( কংলৈপাক থৌসিনকোনগী
১৩৫ সুব খুভম * )

# ১৯৮৭ ন ২০০০ চহিরোন্দ য়েংব

## ( ১৯৮৭ বা অথন্নব খুদোল )

ঙসি ১৯৮৭ কী ভারত—মীসিংদ ১৭৫০ গী মালেম পুম্নমকী অপুনব মীসিংদগী মিলিযন কয়া হেল্লে। মালেমগী মীসিং ১৭৫০ দ মিলিয়ন ৭২০ নি, ভারতকী ১৯৮৭ কী মীসিংদি ১৮০০ গী মালেম পুম্বগী মীসিং মিলিয়ন ৯০০ অত্তুগ লেংগা ওইবে। খ্রিঃ চহিরোন ২০০০ দদি খ্রিঃ চহিরোন ১৮০০ গী মালেন পুম্নমকী মীসিংদগী হল্লগদবনি।

হৌজিক মাঙদ লৈরে—মালেমসিদ খ্বাইদগী লৈপাক চাউব, ইউনিয়ন রিপব্লিক ১৫ লৈব, স্কুয়ার মাইল ৮,৬৪৮,৫০০ চাউব মালেমগী ১০০ থোকপগী ১৫ চাউব সোভিয়েত রুসিয়া—সুপ্নগী মীসিং মিলিয়ন ২৭২ তনি ( ১৯৮৩ গী মীসিং থিবদ )। মীসিং য়ামদব ইউনাইটেদ স্তেতস ওফ আমেরিকাগী সরুক ৩ থোকপগী ১ ভারতকন য়ৌদে।

মিনিং ১ দ ভারতকী অভাং ২৫/২৫ পোক্লি, নুমিৎ খুদিংগী অভাং ৩৬,০০০ পোক্লি, চহিদ লাখ ১৩০ হেনগংলি। অচৌব লৈপাক অস্ত্রেলিয়া অমমম চহি খুদিংগী ভারত হেনগংলি।

## লুহোংবদদি ভারতকী মথক থগদ্রে

অয়ুরলেন্দ লৈপাক্ত চাংচৎত লৈসাবী অমন লুহোংব মতম অসি চহি ২৪.৭ হায়বদি চহি ২৫ দগী ভাথনদব মতমদ ভারতকী লৈসাবীগী চাংচৎত লৌব লুহোংবগী চহি অসি মুপগী ১৪ গ পোইন্ত ৫ নি। চহি ১০ গ থা থর খেন্নরিব মতমসিথক্তদ ভারতকী চনুরা অমন অঙাং ৫ দি অয়ুরলেন্দগী লৈসাবীশিংগী ভনথংন পোক্লগনি। চাইনাগী লৈসাবীন চাংচত্ত চহি ২৫ দগী ভাবদ লুহোংদে, জুপান চহি ২৮ দগী ভাবন লুহোংদে। ভারতকী পাথংদি চাংচৎ লৌবদ চহি ২০ ন লুহোংবগী চহি ওই। রাজস্থান মতোমদগী ১৯৮৬ ত অঙাং ৪০,০০০ লুহোংখি।

ইউ, এস, এ দদি নুপী নুপা থাইনগনবগী রাওনি, হোং হোংদুন যুম পানগনবগী রাওনি, লুহোংবগী চহিদি লৌহন্দে। ১৯৮৩ দ ইউ, এস, এ গী থাইনব ওনথাং ওনসিন তৌনবগী মসীং মিলিয়ন ১ গ লাখ ১ লিসীং ৭৯ নি। চহিদুদ লুহোংখিব মসীংগী ১০০ দ ৪৮.১২ থা নৈ। অদুবু ওয় লুহোংদে।

## ২০০০ এ, দি, যৌবদ মীগী পুল্সি

মালেমসিগী মীওইব অমগী পুন্সি অসি চাংচৎ লৌবদ ১৯৫০ দগী ১৯৫৫ কী খুৎহাত্ত চহি ৪৭ ৪ নি। খ্রিঃ চহিরোন ১৯৯৫ দগী ২০০০ ফাওবগী চহি ৫ গী লোরগ মাংজোনন হোৎপদ মালেমগী মীওইবগী পুন্সি অসি ৬৪ ৫ নি।

ভারতকী ১৯০০ দ লৈখিব পুন্সিবগী চাংন চহি ২৩.৭ নি। লুহোংবগ চহি ৩ লৈরগ সিবগী চাংনি। ভারতকী তি, বি, লায়না পকপ অনাব ১৯৮১ গী মনুংদ লাখ ১০০ লৈখি। হৌজিক্তি হেল্লে। ভারতকী মী লাখ ৫০ ন ইপিলেপসি লায়না পকই। ভারতকী ওইন ১৯৮৬ ন অরোইব ওইব চহি ৩ গী মনুংদ চুক্ত (চুক্লপ মচৈ) মিলিয়ন লাখ ২, লিসীং ৫১; চা ৫ গ ৩৬ সাহুন থরখি। বিরি থকখিবন মসিদগী অমুক হেনথি।

# ইমালোন নৈনরসি—১

মাহৈ মাহুম্ছোক

কপলোন—(i) হৈ-চক হা-চক কোন-চক অমসুং লাং-চক হায়ব চক ও অসিগী মনুংদ ওইরকপ লৈসেম খুনসেমলোম ( ইভোলুশন ওফ দ ৱার্ল্দ -ইং : ) (ii) চকপ কাংলুপকী খুনথোকপ, চাওখৎলোন (iii) অহুম অসুম হোংদ্রন চংলিব মতমগী খোঙলৈ - অহুম পুয়াসিংদ মপুংদ মাহুম্ছোক ও মতাংশী মতুং ইন্ন নীজিন্নৈ

ভীংপানব—মপোক লৈতব সিব নাইদব মপুবু খঙবদি উৎথোরকপ মতীংদগী মপা লাবই, তীং অদু মপান নাইদে—মপান নাইদ্রব মম্নাই পাঙ্গলনি , মপান নাইদব ঙসিগী উরি তারিব খঙলিব পুম্নমক মপান নাইদব ভীং অদুদগী ফুদোরকপ পোরকপ ঙাক্তনি — অদুন ভীংদগী + পানব=ভীংপ নব, ভীংবানব, ভেংবানব থোরকখি ( ইউনিভর্স—ইং :, সংসার=সং • ) ।

তাইবংপানব—অরিবদ তাইপংপানপ । থক থাগ তাইনব অনিগী মরক্ত পাল্লি হায়দুন লেংলি পাল্লিব, খোংলি লাউরিব থরায়পানবসিংগী পুক্লিং হকচাঙ্গ কোনব সরুকপু তাইবংপানব কৌই ( ৱার্ল্দ ওফ বিইং-ইং ।, জীব জগত-সং ) । খুনজিনগদব ;—ভীংপানবন মপান নাইদবনি, তাইবংপানবন মপান নাইব হিংবগ মরী লৈনবনি ।

ইনুংপুং—খ্বাইদগী মপুং ওইব মপান নাইদব মিরেন ( কন্স্যাসনেস—ইং । ) অদুবু পুম্নান ইনুংপুং কৌই । মপুদ মাওজব পাম্নাইদব মিরেন অদুবুম খ্বাইদগী অখোইবনি হায়দ্রন ইনুংপুং কৌই । মপান নাইদব পুক্লিংগী অখঙব অদুবুনি । তাইবংপানব অসি মপু মহাক্কী ইনুংপুং অদুদগী লোদ্রন সক্তম মাংলকপনি । ( এবজোলুৎ কন্স্যাসনেস—ইং : ) ।

হৌজিক্কী লোলদ ইথোকপ সরুক :—

(i) হা নহাব—ও, ঐদি তাইখোং লুক্ন ইপা হাঙ্লিবীম্নে ।

হা পাখং—ও, ঐদি কনাগম্ম মরী লৈনদ্রিবী লৈম্নাবীনি ।

(ii) ঐদি পাচা নানম্ত্রি সেনকু খোদিংদ্রি ।

ঐদি হায়ন সিংনব মাবোইপোৎ পুখিব লৈত্রি ।

(iii তানথোং মমুং কুই লেমথোং মফৈ পাক্ন পানবনি ।

লৈপাক মমুং মফেন চাউন তেক্ত কায়দন পানবনি । •

অচৌব লায়য়েংসংসিংগী অপুনব রারোলদ ভারতকী অনাব ২০ দগী ৩০ চাদ য়ু থকপদগী ওইহল্লি। লস্বীদ এক্সিদেন্ত থোক্লুন সিব ১০০ দ ২৫ য়ু ভাওবন থোকহনবগী চাং অসিগ অনাবগী ১০০ দ পাব চাংসিগ অনাবন হেনগৎলক্লে।

নেসনেল ট্রান্সপোর্তেসন প্লান্নিং এন্দ রিসর্চস সেন্তর, ত্রিভান্দ্রমগী থিজিল-রারোলগী মতুং ইন্ন ১৯৮১ দ লম্বী এক্সিদেন্ত ১,৬০,৪৫৭ থোকখি, মী ১,১৪,০২৮ সোকহনখি সোইনাইহনখি, মী ২৭,৯৭০ হাৎখি। সেন্তর অসিগী চৈবারোম্দ খ্রিঃ ২০০০ দদি লম্বী এক্সিদেন্ত ৪,৩৫,০২৩ থোক্কনি মহুন মীওই ৩,৯৯,৬১৭ সোইনাইহনগনি, মীওই ১,২৯,১৯৪ হাৎকনি।

## ২০০০ দ নহাবোল

থ্বাইদগী লুব নহারোলগী পুন্সি হায়বসি ১৫ দগী ২৪ সুব চহি ১০ গী মরুং অসিনি। চহি ১৫ দগী ২৪ ফাওবগী তাংককসিন পুন্সিগী লাইথক লেপকদৌরিবনি। ১৯৭৫ দ মালেমসিগী চহি তাংকক অসিথক্কগী নহা- রোল মসীং মিলিয়ন ৭৩৮ নি। খ্রিঃ চহিরোন ২০০০ দদি অসিগুম্ব চহি ১০ গী মরুংদ লৈব নহা মসীং মিলিয়ন ১২০০ (লাখ লিসীং ১২) হেনগনি হায়ন পানরি।

চাওখৎপ্রব লৈপাকসিংদদি ২০০০ এ. দি অসিদ হেনগৎকদব নহা- রোল তাংকক অসিগী চাং অসি চাদ ৫'/. দনি। চাওখৎপ রাংলিব লৈপাকসিংগীদি চাদ ৮০% গী চাংদনি। হায়বদি হায় ফিভম সোক্লুন লৈরব চাওখৎত্রিবসিংন হাযনিংঙাই লৈতন সোকচিন্ন হিংগদৌরি। ভারতকী ১০০ দ ৬৫ দি চহি ৩০ গী মথান ওইরি।

ভারত য়াওরিব এসিয়া, আফ্রিকা অমদি লেতিন আমেরিকা অহুম অসিগীদি ওসিগী নহারোল মসীং অসিদগী সরক অনি ২০০০ এ. দি দ ওইগনি। ভারতকুম্ব চাউখৎপ তাল্লক্লিব লৈপাকসিংদ হৌজিক হৌজিক

# চেল্লক্লিব ঈচেল

--মোইরাংথেম্ চন্দ্র নোংলৈম
তাকয়েল, ইম্ফাল ॥




লাউ খোংন চেল্লক্লিব
তমথীরব হে ঈচেল ।
থিংঙমদ্রব নংগী ঈচেল
পনসি থিংখি গ ॥
নঙগী সঙম খঙহোঁদবন
থিংহোদ্রে পনসে
তমথীরব হে ঈচেল ।
নঙবু ঙাক্নপদ চোবথরব ইথুৎসে
অরোইব থৌনাগ লোয়নন
থিংব ঙম্বব হোৎনখিগে ॥
চোকথরব ঐগী হকচাংসিন

খুভম *গী সৈ'রু পাখোকপগী চন্দ্রাসিংগী অথোই-অহেন তান্নবদ মকোক, তাখ্রবী অসৈবী অমগী সৈ'রংসিংদগী লৌ'থাক্লুন ফোঙদোকচব ।

অবোইব নিংসা হোনবফাও
নঙগী ঈচেলসি থিংলমগে,
ঙাক'হৌদ্রবদি চেল্লক্লিব ঈচেলসি
মাঙখিব মাই ঈ'রাম্নুংদুদ ॥
থিংব ঙমদন লেনথ্রবসু
অরোইব নিংসালক্লদ
তুংগী থৌনা ফবসিংন
থিংসনু পনসে মখোয়ন,
ঈচাওবু নমথেকপ ঙব
চারোন কয়াগী তুংদদি—
ঙমগনি ঈচেলগী ঈচাউ
পঙ্কিংব ঐখোয় পুম্নন ॥ *

থবক কংগ্রেব নহারোল মিলিয়ন ৩০০ ( লাখ লিসিং অহুম ) লৈ। গ্রেত ব্রিতেন ফাওবদ ১৯৩৩ গী জনুৱারী চৈচৎ ২৩ দ থবক তৌফম নোমফম লৈত্রবগী মীসিং ২,৯০৩,০৬৫ লৈখি।

অমরোমদ ১৯৭৩ য়োরবফাওবদ সুইৎজরলেন্দ লৈপাক্কীদি দিসেম্বর থাসুংদ থবক ফংদ্রিব মী মসীং সুপ্পগী ৮১ থক্কনি। মতমচুদ সুইৎজর-লেন্দগী অপুনব মীসিং ৬.৬০০,০০০ নি।

## সেল থুমগী লাইবক

ইউনাইতেদ আরব ইমিরেতস্তদি লহৌ রাই সিংপ সুপী নত্রগ সুপা ১ ন ভারতকী সেলদ পাথোকপদ থাদ লু: ১২,০০০ ফংই। বোরনিওগী ক্রুনৈ লৈপাক্ক সেল থুমগী ফিভম ফবদ মালেয়সিগী ২ সুবনি। থাদ লু: ১২,০০০ ফংলিব রাই সিংপ অসিন লায়য়েংবগী সেল তিংদে, মচা মসু লাইরিক তম্বগীসু সেল পী।

ভারতকী ১৯৮০ গী পর কেপিতা ইনকম মী অমগী চহিদ লু: ৬৬১.০ নি, মনিপুরগী পর কেপিতা ইনকম চহিসিদ লু: ৪২৯ ৫ নি ( মসি ১৯৭০ – ৭১ গী লেংদন থম্ব পোৎকী মমলদ হোৎপগী চাংনি )। ১৯৮৩ গী পোৎকী মমলদ হোৎলগন ভারতকী পর কেপিতা ইনকম ১৯৮০দ লু: ১০১৬.০ নি, মনিপুরগীন লু: ৯৪৪.৮ নি।

## কংলৈ পাক্কী নহারোলসিংগী মাঙদ

### খৃঃ ২০০০ লৈরে

(i) লৌসিংগী চাং :– ব্রিতিস সাইকোলোজিস্ত অমন চাংয়েং তৌদুনা মীওইবগী লৌসিংগী থাক আই, কিউ, চাংয়েং ( ইন্তলিজেন্স কোসিয়েন্ত তেস্ত ) পাংথোক্কনবা য়েংঙ্গে। আই, কিউ, চাংয়েংদ জাপানিজ

# চীন-কাংজৈ

## ( হৌদোং লম্বোইব—পেবেত )

হো :—পেবেত

পে :—অয়ো য়ো য়ো ঈবুংঙো

হো :—ঐগী সকসিবু কয়ামুকদি ফজবগে

পে :—য়ারকী ঙকয়াল অঙাঙ্‌ব য়াইরী পরেং অচ্‌বমুক ফজৈ

হো :—ভালো ভালো ইসক ইতোগ চুংঙাও

পে :—তা লম্বোই ঐখোয়সিবু ঐখোয় নত্তে মখোয়নি হায় চুম্মা

হো :—মহ্‌ লুই, য়াখল চংই মখোয়হ্‌ য়াম সিংগমগনি।

পে :—খুত্তিপোং ওইরে তা'দোং বীম্‌প্রিয়া মনিপুরীন মনিপুরগী অসেংব প্রজানি হায়মে, মীতৈদি অতোপ্পদগী লাকপনি সাইলাংলবনি হায়ব্রে।

হো —বীম্‌ বীম্‌ অর্জুনগী মচা বভ্রুবাহনগী লৈবাক মনিপুরবু মখোয়গীনি হায়বা। মহাভারতকী মনিপুরবো। ঐ'ঙান্দ পুরকউ।

পে :—মীন হায়ব চুমদ্রাও। হস্তিনাপুরদ ঙাংব সংসক্রিৎ লোলগ বভ্রুবাহন চিত্রাঙ্গদান লোনব লোলগ ফাওনৈ হায়। অদোইরবদি বীম্‌প্রিয়া মনিপুরীগী লোলগ সংসক্রিৎ লোলগদি ফাওনৈ, মীতৈলোলগদি মনা অম্র-ফাও মরী লৈনদে কমদৌনি।

হো :—ঐ য়া তামক্কথিগে, ঐবু ঐ নত্তে মহাক্কি হায়বহ্‌ ভাব তারে

পে —মীগী লৈপাক মুল্লুবগী য়াদোক্কিদ মী খরদে।

হো :—নিংথমথাসিদ আইচ ক্রিম অমত্ত চাক্কখিগে মথং থাদ'মুক লাক্লগে। *

মচাসিংগী মালেমসিদ খ্বাইদগী হেন্না লৌসিংগী চাং লৈ হায়ন লেপপ্রে। চাংচৎ ওইনা জাপানিজ অমন ১০০ দ ১০০ ফংবগী মথক্ত হেন্দোক্লুন ১১১ গী পোইন্ত ফংখি। জাপানগী নহারোল ১০০ গী মনুংদ ১০ দি আই, কিউ, ১০০ গী মথক্ত অহেনব ৩০ ফংদুনা ১৩০ লৌব ওমই।

কংলৈপাক্কী নহারোলসিংগী লৌসিংগী চাং অমসুং থাক লৌবিন্ব ওসিফাওব থৌরাং অমত্ত তৌবিদ্রি। মীওইবগী মরক্ত কংলৈচা অমগী লৌসিংগী থাক কদাইদ লৈরিবগে হায়ব কনানসু খঙবিদ্রি। মথোয়গী লাইবক করম্ন লেপচগদগে হায়ব তাক্কদৌরিব লৌসিংগী থাক রাখলগী থাক কনানসু হেংৎপিদ্রি।

ইউ, এন, ও গী ইকোনোমিক এন্দ সোসিয়েল কাউন্সিলন থিজিন্দুনা পুথোকখিবদু মসিনি—মসাগী লৌসিংগী থাক লেপ্প ওমজদ্রিব মীওই মিলিয়ন ১৫ (লাখ ১৫০) মালেমসিদ মীনাই ওইনা হিংডুনা লৈ। থাই-লেন্দ, স্রী লংকা, ব্রাজিল, পোর্তুগালনচিংব লৈবাকসিংদ হৌজিক হৌজিক মরাইবক লেপ্পিনব লৈত্রব অঙাং নহারোল কয়া লৈব যোনব চৎনরি। ভারতসু লৈব যোনবফাওব য়ারব নহারোল কয়া পাক চাউনা লৈপ্রে। কংলৈপাক অসিগী নহারোলসিংনা মাগী মাগী লৌসিংগী থাক চানন

* খুভম—ঈমা লৈমরেন সিদবীগী ফম্বাল অম অমসুং লাইনিংথৌ সনাময়ী-ঈমা লৈমরেল (সম্নোং পপানব-অপানবী) ২ গী ফম্বাল অম সেমদুনা খুভম য়াজরগ লোংমাইজিং খুদিংগী কংলৈপাক থৌসিনকোন ময়াই সংলেন থৌরম পাঙথোকই॥ থৌরম্ অত্তবু সরুক য়াব-য়াওব চৎপবুন খুভম কাব হায়ন খঙলৈ॥

খুভম অনম-অহা চুরব-মমসিলব পুন্সিবু ঙাম্হোক্লহৌ। লম্বী য়য়ব পুন্সি কয়াদ মঙাল পী। লাইনীং লম্বী ঈনাং-মীহৌরোন-লোয়নসিলোন্ লৈনদুনা চম্মেংনবগ্ন কয়া ডসেংহল্লি॥ কংলৈচা চীংমী তম্মী কয়ান সরুক য়াদুনা রাখলোন, ফাওবৈ হেন্না চেংপ মরী পুন্নকই॥ মতম মতমগী ওইব রাকম কয়া লৈনবন চাউখৎ লম্বীদ খোঙ থাংজিল-লক্লব লম্বী অমনি॥ ডসেংন থৌসিনকোন হৌদোক্লিব খুভম কাব সরুম য়াওসিল্লরুব অমসুং অময়দ খোঙ থাংজিল্লব কংলৈ খুনাই অসিগী অনৌব অওনব অম পুরক্লবগী অচৌব লম্ য়াংপ হৌবনি—ইদিত্তর থৌনা। *



## য়াহং-পাউখুম

--কংলৈময়ুম লাংদাইব ॥

### ১। মঙ্গি সনসম, এন সি হিলস ( আসাম )।

য়াহং —ঈগ্নাশ্ব ফদ্ কায়নন অমদগী ননাউগী য়ুমসিদ সাগে শীবাগী সনামহী থুকম অদু য়ারমদ্রে। ননাউ মঙাং সলাই ঈগী শীবা অহম্নি, মসিবু করম তোৱগ করম পোৎচংন, লাইরান ৺রম সোনজরগ ইলাং থুডম অসি য়াজব ঙমজগদগে ? ঈগ্নাম্বন হুগাইন তাব পিরক্লবদি ননাউ ঐসে পোকপগী মহৈ য়ালে খনজগে।

পাউখুম :—ফ২াল য়াবগী কাংলোন ২ লৈ। অমন ঈসান নত্রগ ঊগ্নাং শীবা কাংলোন খঙব অমন মাইবী য়াওদন লৈহল তম্নগ ফম্বাল য়াবনি। অনিম্বুব মওংন অমাইব অমাইবী পেনা য়াওন লাই ঈকৌখংলগ ফম্বাল লাংবনি। অনিমক য়াম্ন সাংই, লৈনকম মফম ফ.দবন সম্ন অংানবগী ৺সি লৌখৎচরি।

পোৎচং .—লাইনিংথোৗগী বাম্ন ১ য়াংব খুবোম্ন ১ পাকপ ফম্বাল ১, লৈমরেন সিদবী গী বাম্ন মচা ১ বাংব খুবোম পাকপ ফম্বাল ১, সম্বোং অপানব অপানবীগী লাই-নিংথৌ ফিরোম্ন অসুব ১ লাইরেম্বী ফিরোম্ন অসুব ১, লৈমরেন সিদবীগী ঈসাইফু শীবাগী নুপীন ( লৈত্রগ ঈম্নান ) থাদ কোনবদ চপ চাব ১ ঈসাইমুদ সেৎপ ইনব য়াব

হোৎনব হাৱবসিন পাৱৈ ওইৱগ ২০০০ চহিৰোনবু মায়ওক্লনব সেম সাব মস্তম হেনখিদনব চেকসিনব মথৌ তারে।

পুক্লিংবু লমজিং পিৰিব আমেৰিকান সাইকোলোজিকেল এসো-সিয়েসন অসিদ ১৯৮৪ দ মীওই ৬৫,০০০ লৈ। কংলৈপাকীদমক্তদি পুক্লিংবু নৈননবগী সংলেন অমকাওব হাংজ্রি।

(ii) খুজিল মমায়গী কংলৈপাক:—কংলৈপাকী মীতৈন নম তাব তম্পাকী লম স্কার কিঃ মিঃ ২,২৩৮ তমক পাকই। চীংগী লমন স্কার কিঃ মিঃ ২০,০৮৯। তম্পাকী লমদগী চীংগী লম্ন সরূক ৯ লোম হেল্লি। ১৯৮১ গী মীকোক খীবদ তম্পাক্ত মী ৯,২৯,০৭৭ লৈ, সরূক ৯ হেন্ন চাউব চীংগী লমদ মী ৪,৯১,৮৭৬ লৈ। খণ্ডজিনগদব অমন মীতৈ কনামক্তন চীংগী লম মচেং অমকাওব লৈজগে য়াদে, তম্পাক লমগীদি লৈনিংব মী খুদিংমক্ত সেলবু লৈজরগদি লৈব য়াই।

এগ্রিকলচরেল চহি ১৯৮২-৮৩ গী মতুং ইন্ন কংলৈপাক অসিগী লম হেক্তর ২,১৫,০০০ দ মহৈ মরোং থাই। চহিদ অনিরক সিজিন্নব লমদি সুপ্নগী ২২ রোম থোকপগী ১ থক্তনি। সিজিন্নব য়ারোইদব অয়েস্ব লম হেক্তর ২,১৫০ লৈ, মনা মসীং থাহল্লরোইদব অতোপ্পদ সিজিন্নখ্রব লমগী চাংন হেক্তর ২৪,৭৬৪ নি, য়াৎতুন থমখ্রব মাপী লম্ন হেক্তর ৩,৫৮৯ লৈ।

নহারোলসিংন চেকসিন্ন মেংগদবসি ১৯৭৭-৭৮ দ মনামসীং থানব সেমগৎকদব, সেম্ব থোক্তদব লম অসি লৈঙাক লোয়সান খিগংপগী মতুং ইন্ন হেক্তর ১৬,৩১৪ তমক ঙায়সিল্লরূবনি।

খ্বাইদগী চাউরিবসি নোংম নোংমগী কোকসিল্লরূব চীংগী লমসিত ঙায়রে। ১৯৮২-৮৩ দ কন্দুন থমখ্রব উমংগী লম স্কার কিঃ মিঃ ১,৩৭৭ নি, ঙাক সেন্দুন থম্বম ৪,১৭১ নি, পংথম থম্বন ৯,৬০৬ নি। অহুবু উমংগী রান মীগী স্তেতসিংগী চেগী মিল হিংহন্নব হুরান্দুন পুহল্লিবমখৈ,

মল্লাক ময়ুংগী যনেক ইম্ফি খ্বাংচৎ লাংথৈ, মতোল ৪৬, লফোয় লফাং চং থোকপ ৩, হৈরম ৭, লৈরম ৭, লংহিং খর, ঈরাংফু ১, ঈরানফূ ১, সংবরৈ মতোন ৬, মেক্রুক হৈরা, থাউমৈ, উজংগী লাইরুবাক ১, চেং খোঙন খোমজিন্দুন চোইব নত্তব খর, অকৎ-সেন্দ খর, ঈরাংফু ২, তেনজৈ ৪—অসিন মপুংনি। হৈকল লৈকল অথেনপোৎনচিংব-সিংগীদি মযম চাওব পিকপগী মতুং ইন্ন লাংগনি।

লাই.রাল :—লাইজ ঈরান্নব সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই (চেং অডাংব অঙৌবন মহুৎ সিনবস্মু য়াই) হুনগনি, মহুদ ঈসিং কোম্বারোল সোনগনি। তাইরেন পুংযাইন লাইজ ঈসিং অহ্ন লৌরগ অনম অ.থৌ কোক্কনি, মহুদ ঈরু লাইসোল, নাহৈরোল, পুরৈ-রোম্ব নাহৈরোল সোনগনি, অতাই লাইসোলন লোইসিনগনি। অতৈ লাইরোলসিংদি মথক্কী অসিন সমজিনা য়ারে। লৈমরেল সিদবীগী মিংথৈ, লাইনিংথৌগী মিংথৈ সোনগনি (সজিক্কু চৈরাউব কোব উজা কাংজীয়ান ইব লাইরিক্তু য়ারেরি)।

লৈহুল তব —লাইপুংথৌ লাইনুরাগী, ফম্বাল মথোংগী, সলাইলেলগী লাংথরৈ মতোন ৭, ৭, ৪, ৫ যম্বাল অনিমক্ক চংগনি। পোৎথা হৈথা পুক্মক্কী কাংলোন সজিক্কু চৈরাওব কোব উজা কাংজীয়ান ইব লাইরিক্ত বুপ্প য়েক্কুন তাক্লি। অয়েকপহ্ন য়েংলগ লৈহুল তম্নবদি লাম্নিংঙাই লৈত্রে।

২। মঙাংচা লোম্নুম্বা, লানঙম্ব, নোংদম্ব', খোম্বা, অঙম্ব, ঙানবা, মঙাং চন্দ্র লৈমারম্বী, চিংলেম্বী, থাদোই অমস্নুং থাবাতোম্বী (থাংমৈবন্দ দি, এম, সি গেৎ মনিং)।

রাহং :—লৈঙাক লোয়নংদবু হঙ্গৎকস্রা? হায়রুম থঙদবদগী য়াম্বুংদ হেক্ক হংজরে—মতম কুইন মঙ মঙলল্লবগী তুংদ ঙসিদি উচিন নাচিম ঐথোয়গী ময়েক (মীতৈ ময়েক) চৎলে। অদুবু লৈঙাক লোয়সংসিংদ ময়েক অসিন য়ালেম্ন থঙনগদব ময়েক অমগ লোয়ননন থেৎননবগী থোরাংদ অরাংপ করি লৈরিবগে? ময়েকসিন তক্ক তক্ক থেৎপ মতম অহ্ন য়েংনিংবন খোরা লে নন উ নচন ঐথোয়দি।

পাউখুম —ঈসাগী মাঙথিগদোরব সক্তম অসি নুংসিব, ঐথোয় হিংথিগনি হায়বগী থৌনা লৈজব কংলৈচা কয়ানদি চহি কয়াগী মমাঙদগী লোয়সংসিংদ ময়েক অসিন থাবিনব লাউহ্নত লাক্লি। ময়েক অসিবু মহৈসংসিংদ চৎহল্লিন মহৈ লোয়সংদগী হায় ইব হৌনবগী রাকম কয়াস্ন থাঙ্গত্তুনত লাক্তই। দিল্লিক্ত হেদ কাতর সেনাপতিন কোনব লমদদি মীতৈ ময়েক সং মমিং থাব হৌখিবস্নু য়াওরে। কৈথেল কয়াদ খ্বাই-রম্বন্দগী হেন্দুন মযম কয়াদ ইনব য়াওরে।

লুচিংহুন চোংথোকদব লোয়সং কয়াগী অরাংপ অসিমদি লোয়সংহু পুথিরিব ইবুংঙো ইবেম্মসিং অহ্নগী থম্মোয়ত্নুনদি খঙলিনি। কংলৈথোলগুম্ব চে সোৎলগ ফোংজব, লাইরন হিংজব, মমসিল্লরুব তু গী মীরোলগীদমক তঙাইফদন ঊথোদাং লৌজব অজিনদি করিদি হায়ন খুমজব ওযগদগে?

লী-ৱাবু সীং য়ান্দুনে মাঙহনবগুম মীখুৎত তাহল্লিবমখৈ, উমংগী হীদাক লাংথক পাম্বী কামানবী, উসিংসা, য়াইঙং অমুব, উচিথি, লোং মপাল, মীতৈসিং, উয়েন, কংলায়েন, উচিনা, কবোখজি, সওম মসিংথা, লাইরেন মসিংথা, উসিংসা মানবী, য়াংলী লোয়সং মকোকসিংদগী হোৱগ মীচম কংলৈচা অমফাওবন নিংসিংবিদতুন মাংগোলদ খোংগ্রাই সত্তুন লৈরিবমখৈ কংলৈ উমং অসে কান্নফম থওখিরোই। পুন্নমক অরোনব মীন থি থিত্তুন মপান মক্ত ফুকথ্রবনি মিৎ পাংলকপদ মক্ত কোক্লম্বন হাল্লম্লগদবনি।

মসি খ্রিঃ ২০০০ গী অচৌব সাংনব অমনি নহারোলসিংন থেংনগদৌরব সীংনবনি।

খুজিল মমায়গী লমদ লম্বী লৈরিব্রা?: হিংবগী লম্বীদি লম্ন পুদে, হিংগনি হায়বগী মতৌং অদুদ লৈ। হিরোসিম দ অমুক নাগাসাকিদ অমুক এতোম বোম্ব থাদত্তুন উৎ ওইখ্রব জাপান উং মরক্তগী হোৌগৎলগ মালেমগী মচিন থংত্তুন লমজেল চেল্লি। ১৯২৯গী ফেঃ চৈচৎ ১১ দ মনিং তমখিব ভেতিকান সিতি স্তেৎ লম একর ১০৮৭ থক্তমক লৈ। মনিং তম্ন হিংলিব লৈপাক অসিগী লম অসি মাইল অমগী মরাক ময়ুংফাওব য়োন চাউদে, স্কার মাইল ০.১৭ থক্তনি, ১ যৌদে। মালেমদ মসক তাকপ ওম্ন হিংলি।

১৯৬৮ দ মনিং তমথ্রব খ্বাইদগী পিকপ রিপব্লিক 'নৌরু' লৈপাক অসি স্মুপ্নগী লম একর ৫,২৬৩ দমক লৈ, স্কার মাইল ৮গ পোইন্ত ২ থক্তমক চাউই। ১৯৮৩ দ স্মুপ্নগী নৌরুচা ৮,০০০ (লিসিং ৮, থক্তমক লৈ। গিব্রালতর লৈবাক মাইল ২½ গী মরাক ময়ুংতমক লৈ, পিংকাইরন আইলেন্দ মাইল ১½ গী মরাক ময়ুংতমক চাউরি। মখোয় লোইন মতৌং উৎন হিংলি, হিংগে থল্লগ হিংবনি। চাব হোংলিঙৈন্দী পামহৈব মতমগী কংলৈপাক অদু মীখা থান হিংবদ চিংনব লৈখিদবন ওসি খোরি য়োন সিত্তুন লৈরিবসিনি। হিংখিগে থল্লরদি, খুজিল ময়ায়গী কংলৈপাক্ত কংলৈচাসিং মরুপ মপাং অমত্ত কায়নদন লায়ন হিংব ঙমখিগনি। রাথল অসিন খ্রিঃ ২০০০ গী সিংনবত্থ থেংনব তাবনি।

(iii) য়ু ডাওরবদি ওয়োই :–য়ু ডাওবিৈদ সেল সংপনি মীন নেৎতুন চৎখিবনি, তুরবদি কান্দুন চৎখিবনি, ডাওরবদি মীগী সাই-জিন সৈয়াদ চাক চাবনি, মিংচৎতি লাইরতুন কুইন রাখল খস্তব ওমদন লৈখ্রবদি থরায়ফাওব মাংলকই, য়ুম ইংখোল মুপী অভাং মীগী লোইন ওইখিগনি।

য়ু খ্বাইদগী থকখিব চহি :—১৯৮১-৮২ অসি কংলৈচাসিংন য়ু খ্বাইদগী হেন্ন ডাওখিব চহিনি। চহিসিদ নহারোনন অয়াম্ব লুচিংব ওইরগ ভ রতন সাব ফেরেন য়ু লিতর ৪,০৫,১০২ ( লাখ ৪, লিসীং ৫, চা ১ গ ২ ) থকখি। দিনেচরেভেদ স্পিরিত (য়ু) অসিগী মথক্তন চহি সিদ লিতর ,৪৪,৮২৬ ( লাখ ১, লিসিং ৪৪.চা ৮ গ ২৬ ) থকখি। অরোনব কনত্রি ( কালৈ ), পুকয়ু, রাইয়ু থাত্রিব য়ু থকী চাংনি।

৩। পরৈহনব লাইখুররাম্বা, লাইখুরাম পন্দিত লৈকাই, কোংবা বজার।

রাহং :—মীতৈ লাইনিংলোয় অহলসিংন কোকী সম সাংন থাকইব অমদি গনজা থক্লিবসিগী মনুংগী রাখললোন করি লৈবগ খঙজনিংই।

পাউখুম :—ভারতকী ওইন সম থাক্তব নুপাসিংগী মসীংদগীদি সম থাকপ নুপীসিং অমদি সম বক্তব পনজাবীসিংগী অংনব মস ংন য়ায় হেল্লি। মসিগী মথক্ত কংলৈপাকী সম থাকপসি গ য়াওরবদি মেজারিতি চাউন ওইরে, গন তরুগী মতমদদি মসীং য়াব-রোমদ য়াওরে কান্নরে। কানি অম্রদি হেরোইন নং কোরদগীদি গনজান থরবথৈদি মফৈ হায়দব ওমদে। মসিন পানগী কাংলোন্নি। নুংগী কাংলোন্দি সিংগী হেন্ন মব মরম কন্নাহ্ন লৈরি, উজা বোরিপ্রবদি তাকইহনে, য়ারোনুকো।

৪। মঙাং চনু য়াইফরেম্বী, থাংমৈবন্দ

রাহং :—ইপু লৌনি য়াল্লু হৈ, ইপা লৌনি য়াল্লু হৈ
হৌখিব পুন্দি লাংওন্দ, লৈথোনখিব লৌফয়ি
হি য়াই লনগে লোংখিব, ইপু লৌনি য়াল্লু হৈ . . ।'

য়াম্বুং, মসিমু লো উবদদা সকপা ঈসৈরা, পাউখোরা? রাহংহোক য়ামী হায়বৈ, চুমফ্রলরা লৈগদব অমথকং পায়জৈ। য়াম্বুং, অমন পাউরো হায়বনা করিনো পাউখোং হায়বনা করিনো ?

**অতৈ পোৎহাপ** :—মসিগী মথক্ত নং ফোর (হেরোইন), মোর্‌ফিন, ফানি, গনজা, মেনড্রেক্স, সগোইদাক অমুব মহৈ, সগোলহিদাক কাংভৌ, অঙ্গুর মহী নৈবী ময়াম অমনসু ওন্নিবমথৈ কোক অসি পেং চোইহন্নব কম্ন, লোন্ন, থরায় য়াওন, মতম চংন, সুংসি সুংসিব মরূপ তিন্নন হায়দোক্লদন থম্মোয় চেংন কপ্পা অম হোৎনরি।

**চুহি মরূপসিবু থাদোক্লব ওমদবরা ?** :- চুপ্র হৈনখ্রব মরূপ অরীবী কাংলুপসিবু ঈপা ঈপু বাহৈদ চুহৈ মরূপ=চুহি মরূপ অম্মম থোল্লি। মসি কায়নব য়াই, নিংলবদি তোকপ য়াই। সলাই পুন্সিফম সংলেন্ন য়ু গনজা জ্বার থাদোকপগী বারেপ অসি অহানবদ মী ২০০ মুক্ত তৌখি মসিগী মন্নুংদ মী ১৫ মুক্তি মতম খর ওন্নল্লগ ওন্নখিদে। অমুক হোৎনহুন ৫/৬ তি ওন্নকখি। হৌজিক্তি চা চান খুজিং ওইহুন ওন্নি। মসি অনি ব লৈরবদি ওন্নে। সলাই পুন্সিফমগী লাইনিংলোয় কয়া মমিং লৈব য়ু থকপ, গনজা থকপ জ্বার সান্নব ওইরম্ব য়াওরিবনি। ওসিদি ফত্তব থাদোকপগী লম্বীদ মায় পাক্লি।

**অমরোমদ য়েংসি** —- য়ু থক্লবদি লৈব ওমদব লৈপাক ইউনাইতেদ স্তেতস ফাওব ১৯২০ দগী ১৯৩৩ ফাওব চহি ১৩ লৈভাক্লোম্ন য়ু থকপ থিংখি। সোভিয়েত রুসিয়াদ ১৯১৪—২৪ চহি ১০ লৈভাক্লোম্ন য়ু থকপ থিংখি, ময়ায় কাব চাব থকপ থিংখি। আইসলেন্দগী লৈন্ত'কলোন্ন ২৬ চুম ময়ায় কাব সিজিন্নব থিংখি। যেন্ন আইলেনসগী লৈভাক্লোন্দদি ১৯১৮ দগী অত্তুম য়ু থকফম, তিন্নফম পুম্নক থিংজিনখি।

**হিংব মুৎপগী সিংনব মাওদ লৈরে** :—কংলৈচাসিংগী সক্তম মুৎখিব নক্লগ বাথল মুন্ন থম্বহৌহুন কলহৌব - হিংব অনিগী মরক্ত ওসিগী নহারোলসিংন অমদি থন্দব য়াক্লবনি। হিংখিনি হায়বগী মতৌং ফুদোকপ ওন্নব বাথল থনফম কোকপু তমখিন মীথা পোলহল্লিব ময়ায় কাবসিংসি থাদোকপ তাবনি। খ্রি : ২০০০ গী মথুৎতগী মমল নাইজ্রব ঈনাৎ কলহৌব তাবনি।

(iv) পৎ তৎলক্কদৌৱব লাইবননি :- চাউখ্রব ভারত অসিন মালেমসিগী খ্বাইদগী লাইব ৬ মুব লৈপাক্কি। পব কেপিতা গ্রোস নেস-নেল প্রদক্ত য়েংলগ খ্বাইদগী লাইবংদ ভারতকী মথক্ত লৈপাক ৫ দগী হেন্না লৈত্রে। মালেম অসিদ মনিং তম্ব লৈপাক ২২৮ লৈ। মসিগী মন্নুংদ ইস্তোনিযা, লাতভিয়া, লিথ্যানিয়া, তাইৱান, স্পেনিস নোর্থ আফ্রিকা, কোরেল সি আইলেন্দস, হার্দ মেকদোলান্দ আইলেন্দনচিংব থাদ্রিবনি। লৈপাক ২২৮ গী মন্নুংদ লাইবংদ ভারতক থংনরিবসি ভূতান লৈপাক্কি। অতৈন লাউস, বঙ্গলাদেস, নেপাল অমসুং বর্মা অসিনি।

মসিদ থন্ননিঙাই অমথক লাক্লিবদি কংলৈপাকী লোন্নব নক্লবদ লোইন লাইবংদ পৎ তৎপমখৈ লৈরিবসিনি। ভারত্তি মসা অমত্ত ওইদুনা লৈরে,

---

পাউখুম :—মসি পাউরৌনি, ইসৈ ওইনমু সকই হায়দুন পাউরো-ইসৈ কৌনৈ। বাহয়োক অহুয়োম চৎনৈ। লেংদব বাহয়োক্তি—পুন্সি অসি লৈপাক অসিন পাথে ওই, মচোন্দগী থোরকপ মহৈ-মরাং য়োং, কোরি, পিথ্রাই সেনজেং, সনা, লুপা, হীরা, নোংথৈ, মুংসেল লিসিং লাখা কয়াসি মীওইবগী চাওখৎলোনগী মচাক্কি—মখোয়বু লৌদুন সিজিন্নব ঙমদুনি চাওখৎপ অমসুং হিংব হায়রিবসি—অদুনদি হিংব চাওখৎপ ললগী মপু ওইব হায়বসি ঈরৈপাক নিংব, ঈরৈপাক্ত লৈরিব থোক্লিব ললসিংবু অমত্ত মাংহন্দন সিজিন্নরিব, ঙাক সেল্লিব অদুবুনি হায়বসিনি।

কংলৈপাকী লৌ হিংখোল নাপীমক্ত হৌংলগ মপান্দগী অলু হৱাই থাউ মরু মরাং লৈদুন চাব, ঈকোন (দুখ্রি) পাথবী পাং কয়। কবোকংন থম্ন থম্নগ সিব নুমিৎ কয়ানি সুম্রব মীরমগী ঙা লৈরগ চাব, চেগী মিল অতন ঐখোয়গী বানথে হুদুন সিজিন্নরগ চেগী মিল লিংযম্বি খঙদন মাংহোলদ চাউহন চীং লেম্ন ঙানখোইব ঙম্ব, মপানগী মীন উসিংসা কামানবী য়াইঙং অমুব উচিথি মীতৈ সিং-উয়েন কংলায়েন হিদাক স্থংনবগীদমক মসি ফাওব লৈতনব মরু ফুকতোক্লুন নৈংনব তম্মী অমত্তবুন চৌংদ থুম্দাব মারোই হায়দুন লৈপাক মপু পুম্নমক্ক থিংবগী থোনা ফুদোকপ, ক্রোমাইত এবিস্তোস রবী দাইমন্দ স্পিসিজ কয়া অভাব পোং থুনবদোন মীন খুল্লগ ক্রোরপতি ওনখিব—অসিওনসিদি হিংব চাওখৎপ হাংপনি, মুৎপ হোৌরবনি, ঈপা ঈপুগী ললফাওব ঙাকচব ওমজরবনি, লেম্ব নত্তে মী অলেম্ব ওলক্লবনি হায়নমু পাউরোসিন থওহল্লি।

চাংয়েংদগী অচুম্ব কৌথংলদ থম্নবব পাউরো কৌই, কিসি লোত্তুন থম্নগ লৌসিংন কিসি অদু থোকহনবু পাউ-ফোং (পাউখোং) কৌই। *

---

বর্মা হেক থংনবনি—ইনাক খুন্নব মচাক লৈব কপ্পব লম করো। তম্পাক কংলৈপাক্কী লৌখ্রবমক্কদন্থ মমৈ থংলবনি, নেপাল কংলৈপাকুম্ব চীং-লম্নি—চীং পরেং লম্বন লৈরবনি ভূতান—অমুক হেন্ন নক্কব মীতৈ মানব নক্কব কাংলুপকী মীওইসিংগী লৈপাক্নি, বাঙ্গলাদেস কাম্বোকখিবগ লৈরে। লাইরব লৈপাক ভাক্ত পুন্ন লৈ। পুম্নমকী খিভম চাদব পুম্নমক কংলৈ-পাক্ত তিল্লি।

খ্বাইদগী লাইরব লৈপাক ৬ কী মমুং চনব ভারতকী অপুনব মী অমমমগী সেম্মোক চাংচং অমব ১৯৮০ দ লুঃ ১৩১৬.০ নি। কংলৈপাক অসিগীদি লুং ৯৪৪৮ থক্তনি। অহুনদি মালেম পুম্বগী থাক কংলৈচাসিং অসিতগ য়েংনক্করবদি লৈরিব লাইরবগী থাক অ'ন পং তৎলক্লোৱব লক্লিদ পল্দুন লৈরবগী থাক্তুনি।

মনা মসীং থাব য়াব সেমগৎকদব লম হেক্তর ১৬,৩১৪ তমক ভাইসিল্লব, এমপ্লোইমেন্ত এক্সচেঞ্জগী লাইভ রি জস্তরদ লৈব ১৯৮২-৮৩ গী থবক থিরিব মিং পরেংদ থবক ফংগ্রিব নহারোল ১,৫৩,৬৯১ (লাখ ১, লিসীং ৫৩, চা ৬ক ৯১) লৈখিব, মতুদ মিং চন্দব থবক ফংদব নহারোল-সিংগী মিং য়াওগ্রিব, ১৯৮৭ চংলকপ অসিদদি থবক ফংদব মিং চনসিনবগী মসীং অসি ২,০০,০০০ (লাখ ২) হেল্লগদব, ক'ম্নকম লৈররোই খন্দুন মমল য়াম্নব চন্নুরা পীবা কয়া অমদি মসিদ মিং চন্দতুন লৈরিব—ফিভমসিং অসিদ খ্রিঃ ২০০০ বু মায়ওক্কনব সেম সাহেঁগদব নহারোলগী রাখল তরাই তরাইব ওইরোই।

—মথাদি মথংগী চেক্কোংদ ফংবিগনি।

ঈ পাউগী মথা—

১। য়ুন্নাম চনু কংলৈম মঙাং—খাইদগী কব চন্নুরা থোৌমী

২। পুচা ভাঙোম্ব নিংথেম খুমন— খাইদগী কব পীবা থোৌমী

অথন্নব লাইসং অম সারগনিঃ-- হৌখিব পোইমুগী ১২ নি পানব লৈখিব্রব হান্নগী থৌসিনকোন ময়াই সংলেনগী ন্নাইভোংব ওইবিরম্ব লাইনিং অহল খিংগোমচা অমু খুমনগী মফমদ ইকাই খুন্নব উৎপ ওইন লাইসং অম সলাই পুন্সিফম ইংখোলদ সাবগী ন্নারেপ অম ১৩৬ স্নুব নোংমাইজিং খুভম কাবদ লৌখ্র। ন্নারেপ অসি ১৬৮ স্নুব অপুনব মীতিন্নস্নু সৌগৎখ্রে। লাইসং অসি লৈখিব্রব লাইনিং অহন অসিগী কুমওন য়ৌন্ত্রিভৈদ লোইসিনগদবনি। সং অসিগী মরু ওইব পান্দমদি পুন্সিবোন লাইনিংদ ৬ স্নুব ৭স্নুব থাক য়ৌন কাংলোন ভমখৎলক্রব লাই-নিংলাংসিংদ পুজেল কাংলোন (mental practice), হীরী লাংস্নুং, মঙাল ফংনবগী সাজেল কয়া সিন্দম পিফম ওইবনি। অরাংব থাকী পুক্লিংগী কাংলোন পুন্নমক ফম্বাল ন্নাগদৌরিব লাইসং অসিদ সিন্দম পিগনি।

মিতম লাথুপ মপুং ফাহল্লগনি ঃ--সলাই পুন্সিফম সংলেম্ন চহি ১০ গী মমাংদগী সাগৎলকপ সনামহী লাইনিংগী লাইফমসিংগী মিতম লাথুপ (ফোতো এলবম) অম লাইফমসিংগী ন্নারীগ লোয়নন সাগৎলক্রিব অসি মপুং ফাহন্নব লাক্রিব ন্নাকচিং ১২ নি পানব ইমোইম্নু অহোংবীগী ঈরাং কৌবরু লাইফমদ ভৌরুগদৌরিব অসিদগী থবক পাইখৎপ হৌননবগী ফিরেপ লৌখ্রে। অহানব ভাংকপী ওইন লাইফম ১০০ গী মিতম লাথুপ ১ (এলবম ১) পুথোক্লনি।

সিলভর জুবিলিগী সেম সাব ঃ কংলৈপাক থৌসিনকোন লিংখৎপ চহি ২৫ স্নুরকপ ১৯৮৮ ইং অসিদ পাক্লন থৌসিনকোনগী পান্দম সন্দো-ক্লনবগী অমদি মাঙসিল্লক্রব কাংলোন কন্না মসক থোকহন্নবগী থৌন্নাং হৌগৎনব সলাই পুরেলন থৌসিনকোন ময়ায় সংলেন অমদি সলাই কাংলোন সিন্দমসংগী সিস্তাকপ সিস্তাকপীসিংগী সিস্তাকলুপ্ত অপুনব মীফম অম কৌননব ন্নাথং পিখ্রে। ন্নাথং অসিগী মতুং ইন্ন লুপ ও মক থবক পায়খৎপ হৌখ্রে।*

